মহৈ তম্বা ফংদদুনা মপান লমদা মহৈ তম্বা চৎনবা লোযননা অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফম লৈতবনা মপান লমদা মহৈ তম্বা চৎনখিবা অমদি ইবমদম অসিদা থবক্কী খুদোংচাবা ৱাৎপনা মপান লমদা থবক তৌনখিবদগী ইবমদমসিদা হল্লকখিদবা, হল্লকখিদবগী মনুংদা মপান্দা থবক তৌখিবা নুপী মচাশিংনা মপান্দগী মীওইশিংদা যুম পান্দুনা লৈখিবা অসিনা ইবমদমসিদা মীতোপ্পা মীশিং হেনগৎলকপগী অচৌবা মবমসিং ওইবী । নাকল অমদা নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী কংলৈ ইপা ইপুশিংনা চিনথাং যৈনা মচা- মশু, চাবোল সুবোলশিংদা তম্বীবম্বা "ক্কাক ক্কাক কনি ক্কাকনো ? মযাং ক্কাকনি । চাক চখোম অমত্তা চাগে " পীজফদে । ঈশিং খুযা অমা থক্কে । পীথকফদে, ওইদা চৎকে । চৎফদে, যেৎতা চৎকে চৎফদে থক্তা কাগে কাফদে" হাযবা পাওতাক পাওবৌ অদু ইন্দবা অর্মাদি মসিগী ওন্ন- তৈনবা থবক তৌবদগী ঙসিগী কংলৈপাক্কী ফীভম অসি যৌনকখিবনি ।

কাংলৈপাক (মণিপুর)গী মযোন ওইবীবা খ্বাযবন্দ কৈথেল কনাগী ওইবী মতম অমগী ইবমদর্মশিগী মীথুংফম (ধর্ম্ম সল্লা) ঙসিদি মীতোপকী মীথুংফম ওইবে ( Marawari ধর্ম্ম সল্লা) কবম্বা মপাল লমগী ইবৈচাশিংগী চংজফম থুংফম লৈবীবগে লমদর্মশিগী থাওগী, থুমগী , মোবোক্কী, চেংগী, হৱাযগী নোংমদা চংদবা যাদবা পোৎ খুদিংমক্কী মমল কনানা লেপ্লি ? মীতোপনা লেপানিংবা মমলদা লেপাল অদুগা মনা মনিল নাযদনা ইবমদমসিগী মীনা লৈবা চাবী।

খ্বাযবন্নন কৈথেলদা লৈবীবা chamber of commerce মপানগী মীওইখক্কনা মপুং ওইনা পার্যাবর্বাসিনা মযেক লাববা খুদর্মনি ।

## LIST OF THE PRESIDENTS AND HONY GENERAL SECRETARIES OF MANIPUR CHAMBER OF COMMERCE, IMPHAL

| Period | President | Community | Hony General Secy | Community |
|---|---|---|---|---|
| 1972 74 | Sardar Amrik Singh | Non Manipuri | Shri Premchand Jain | Non Manipuri |
| 1974 76 | Shri Dharamachhand Palni | Non Manipuri | Shri Premchand Jain | Non Manipur |
| 1976 78 | Shri Dharamachand Palni | Non Manipuri | Shri Premchand Jain | Non Manipuri |
| 1978 80 | Shri Premchand Jain | Non Manipuri | Shri Nathmal Bakliwal | Non Manipuri |
| 1980-88 | Shri Premchand Jain | Non Manipuri | Shri Sampat Kumar Jain | Non Manipuri |
| 1988-90 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Kalashchand Palni | Non-Manipuri |
| 1990-96 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Kalashchand Palni | Non Manipuri |
| 1996-04 | Shri Mahendrakumar Palni | Non Manipuri | Shri R K Sanajaoba | Manipuri |
| 2004 | Shri Krishna Narayan Agrwal | Non Manipuri | Shri Biju Patni | Non Manipuri |

Manipur Assembly মখাদা Price fixation committee লৈ অদুবু মথৌ তৌদে মমিং খক্তনি, মীতোপ কারবার ৱালাশিংনা লেপনিংবা মমলদা পোৎকী মমল লেপ্পী। Fixation Committee মথৌ তৌদ্রে, তেবলদা খিন্দুনা লৈরে। মসিগী নুংগী ওইবা পোৎতুদি মীয়াম্না খংবীরো? থাংঙৈ শেংনা লমদমসিগী পুকচাক মীতোপকী খুত্তা লৈরে মসিদা লমদমসিগী মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা কারীবা খুদিংমক্কীসু য়াওনা মীতোপনা পায়শনবদা য়াওখ্রে হায়বসি খংমিন্নবা চুমগনি। অদুবু ঐখোয়গী লুচিংবশিংদি থাও মরাং কায়না থোকপনিনা নাচুংদে। লায়রবা প্রজাশিংখক্তনি মসিগী চৈনা ফংলিবা অসুম্না চানা-থক্লবদা নত্তনা নোংমদা শিজিন্নরীবা ফীরোলগী পোৎ খুংদিমক্কী এজেন্ট মীতোপ্না পায়রী। মতম অমা লমদমসিগী নুপীশিংনা ফীরোল শাদুনাতা ইমুং মনুং পুনরম্মী। অদুবু ঙসিদি শাগদৌরীবা লং অদুসু মীতোপনা পায়শিল্লে অদুনা লৌনিংবা মমলদা য়োল্লে। অদুগা অমুক অশাবা ফী অদু মখোয়না অমুক লৌরি অদুনদি পুথোক্লীবা পোৎথোক অদুগী শিনমিগী খুৎশুমন অদুসু লেপনিংবা মমলদা লেপ্পা হৌনশানি। মতম অমা মমিং চৎলমবা Manipuri Handloom ঙসিদি মমিংদা ঙায়শিল্লক্লে। মীপুম খুদিংমক মপানদগী লাক্লগা খুন্দাশন্দুনা লৈশল্লরীবা মীতোপতা তাংদুনা হিংলকপা কুইরে। মসিমক্লা মীতোপ য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমলোয়দগুম নিংলে। মীপান তাংবগী হৈনবীদুনা ঈদা তোংদা চুখ্রে। মতম অমা মীপান তাংদনা হিংলম্মী হায়বা ফাওবা কাওখ্রে, অসুম্না সোকচনখ্রবা খুন্নায়সিগী সোৎথরবা শেনমিৎলোন অসিদা হিংননবগীদমক মণিপুরগী মফম কয়াদা ইমা কয়ানা মীতোপকী ময়ুমদা কোন ফেংবা, চাক থোংবা, ফী সুবা, অঙাং লৌদুনা চেং খপ্পুনা, দুকান্দগী হুন্দোরকপা ফৎত- হৌদি মন্দুনা নোংমগী চরাগীদমক ময়ুমগীদি খ্বায়রমবন্দ কৈথেল কার্বানি হায়না লাক্লগা মীনায় ওইরী কয়া অমনা লুকমায়দা হাপ্পুনা মশানা মশাবু য়োল্লি। মসিনা মণিপুরী নুপীশিংবু পংয়াদা য়াবা শান্নপোৎকুম্না উরক্তুনা ভারতকী কোনুং দিল্লিদা ফাওবা ইরমদশিগী চনুরাশিংদা উৎলিবা লিচৎ ঐখোয়না নোংমা কাংদনা তাবি। মসিনি নিংতম্বা ভারতকী মনুংদা মনিংতম্বা মণিপুরগী নুপীশিংগী ওইরক্লিবা ফীভম মসিনা খুন্নাই অসিগী ঈদা তোংদা চংখিদুনা খুন্নায়শি Aryan লোমদা নকশনহল্লকনবগী লম্বী অমা চাওনা পীরী।

Kangleipak (Manipur) অসিগী হিংনবগী হিরম খুদিং মীতোপ্না পায়শনলবা তুংসিদদি লমদমসিগী লৈঙাকলোন্দসু অচৌবা শাফু অমা পীরকখি। মীতোপকী মীশিংনা অসুম অসুম হেনগৎলকপনা মণিপুরগী মফম খুদিংদা খুন্দাশিল্লক্লি। মসিগী খুদোং চাবা লৌদুনা ভোৎতর লিসতা কনাসু অয়েৎপা য়াওদনা য়াওরকখি মসিদা থওইনা candidate শিংনা মশাগী vote ফংননবা

মশাগী এজেন্ট কয়া থাদোক্লুনা voter list তা হাপ্লদা মতেং পাংদবা নত্তে। মসিনা ঙসিদি ইবমদম অসিগী candidate শিংনা vote কানবা হোৎনবদা মীতোপকী মতেং যাওদ্রবদি vote কাবদা ৱানা থোকপা candidate মশিং যাম্লক্লে। খুদম ওইনা থাংমৈবন্দ, উরিপোক, শগোলবন্দ, ৱাংখৈ, হৈঙাং, খুন্দ্রাকপম, বিষেনপুৰ, শুগুনু, চুৰচান্দপুৰ, কাংপোকপী, সেনাপতি, মোরে, জিবিনাচিংবনি কেন্দ্রশিং অসিগী মবক্তা মীতোপ্পা মশিং হেনগৎলক্লুনা vote কাবা ফাওবা যাওখ্রে অমদি কাবক্লদবসু লৈবে । মসিনা অসুম্না হেনজল্লক্লবদি কংলৈপাক্কী লৈঙাকলোল অসি ত্রিপুরাগুম মপানগী মীওইগী খুত্তা তাবকলোয হার্যানিংঙাই লৈতে । ঙসি ঙসিমকসু ইবমদমসিগী লৈঙাক্তা MLA Minister শিংনা মীতোপকী যাকা যেংনা থবক চৎথবী । মশা মশাগী vote কী খল্লগা মীতোপশিংবু যোক্লুনা থম্বগী চৎনবী ঐখোযনা উবি অমদি মীতোপকী মাযোক্তা বাফম অমা ফাওবা ফোংনা থম্বা মখোযনা ঙমদ্রে । খ্বাযদগী হেন্না শোকচিল্লবা মফমদি ইম্ফাল ইষ্টকী জগা অমা ওইবীবা ঙসিনা তোঙানবা ডিষ্ট্রিক অমা ওইনবা মীযাম্না খোংজং চংশিল্লিবা জিবিনি । হৌজিক ওইবীবা জিবীগী অপুন্বা মীশিংগী চাদা ৬০% দি মীতোপনা ওইবী। মতাংসিদা মতম অমা মণিপুরগী Governor Late Chintamani Panigrahi না ইশামক্লা Poramlen Apunba গী President ওইবীবৈঙদা হাযবম্বা " Mr President নখোযগী সরকার অসিদি গাঙ্গল বজার অমদি পাওনা বজারগীসরকারনি" হাযবদুমক কর্কনিংঙায যাওদ্রে । মদুমক্লা মীতোপকা থৌজান অদু নাথৈখিদনবা, বাবৌখিদনব, লোযলম মপু মংঙোন্দা ফৈ হাযনা পাওদমবীনবা মখোযবু থোংঙাকপা থমদুনা ঙাকশেনবদা অচৌবা মথৌ অমা ওইবী ।


Foreigner Check Post, Jiribam

Courtesy N Michael

লমদমসিদা খুন্দাশিনখ্রবা মরুওইনা মপালগী মীওইশিং অসি ভারতকী ৱাংমদগী মরুওইনা বঙ্গলাদেসিশিংনী জিরীদা মীতোপশিংবু চেক তৌননবা ফোরেননর চেক পোস হাংদুনা লৈ অদুবু মথৌ তৌদে। চংলকপা গাড়ী খুদিংমক চেক তৌবগী মহুৎতা লুপা ১০-২০/- থাদহল্লগা অদুম চংহল্লি । ঐখোয়গী জিরীনি হায়না চাওথোকচরিবা লমদমসিদা মীতোপনা মীশিং হেনগৎলকপনা মখোয়গী তৌবা ঙম্বগী শক্তিসু হেনগৎলকখি । মদুনা ২০০৫ কী ডিসেম্বর থাদা কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংনা উজবা লৌ ফাওবা তংখায় অমা মখোয়দা পীদ্রবদি লৌ খাওবা য়ারোয় হায়না অথিংবা পীবগা লোয়ননা তাল্লকপগী ৱাফম লৈখ্রে। জিরী ঐখোয়গী ওইদ্রে মীতোপকী খুৎতা তাখ্রে হাযবদা কর্কনিংঙায় লৈত্রে । মপান-থোংদা সুপ্লতগী ঐখোয়গীনি হায়বা মমিংদুদা ঙায়বে । "রাহুনা উমশিল্লক্লবা মঙাল মচেৎ অমত্তা ঙাযশিল্লক্লবা ইকুই কুইদনা য়োংশিনখ্রগদবা ইরমদম অসি মঙাল মচেৎ অমা ফংলি হায়দুনা থওইদনা লৈথোক্লি ফংলিবা মঙাল মচেৎ অসি মিকুপ্তা মমখ্রগনি হাযবা ফাওবা খংজদবা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা শৌগৎনবগী মহুৎ চিংথনাদুনা লৈরী ।"

*"ঙসিদি অচৌবা নুংপাক অমা ওখ্রোক্লবা হোৎনবদা, মায়কৈ অমদা পুননা শেপ্পগা ওল্লবা হোৎনবগী মহুৎতা মায়কৈ খুদিংদগী মুকশিল্লদুনা লৈরে, খরনা তৌফম খংদনা ওনগদবা নুংপাক মথক্তা তোংদুনা লৈরি।"*

*- অহৈবা*

# অনিশুবা পন্দুপ

## " POPULATION DILUTION "

## অৱাং নোংপোক্কী লানহৌবা মায় পাক্তনবগী খ্বায়দগী মনা মনিল নায়দবা খুৎলায়

ঙসি ঙসিমক ভাবতকী অৱাং নোংপোক্তা হৌবীবা নিংতম্বগী লানহৌ অসিবু অবেম্বদা তাহন্নবগী মাযথিবা পীনবগী অমদি ফাগী তাহন্নবগী খ্বাযদগী লাযনা ভাবতকী policy দি population dilution অসিনা ওইবে । মবমদি লৈপাক অমদা হৌবীবা নিংতম্বগী লান হাযবসি সুপন্তগী লৈপাক অদুগী নত্তে লৈপাক অদুদা লৈবীবা মীওইবগী হক ফংদ্রবা, ওৎপী নৈবীববা, মশাগী লৈঙাকলোন মুনবীখ্রবা, মীযামগী নিংতম্বা অদু ফংজদ্রবা, মীযামদুগী মান্নবা খুন্নায অমগীদমক লানথেংনবীর্বনি অদুবু লৈপাক অদুদা লৈবীবা যেলহৌমীশিং অদুগী মহুৎ মীতোপশিংনা শিনখ্রবা অমুকসু হান্না লৈজবম্বশিং অদুগী মীশিংদগী মীতোপনা মীশিং হেনখিদুনা মীতোপনা খুন্নায অদু পাযখ্রবদা নিংতম লানহৌ অদুগী ৱাহন্থোক লৈবোয। অমদি লানহৌ অদুসু মায পাকলোই কবিগুমম্বা মায পাক্লগনা লৈঙাক অদু কনাগী খুৎতা শীন্নগনি । মালেমদা মীতোপনা মবেপ থুমহৎখ্রবা লৈপাক অমগী নিংতম মাযপাকপা ওইথোক্তে । অতোপ্পদা লিশাং থানা যেংলুদ্রবসু, নৈনকদ্রবস্ মতম কয়া মনিং তম্বা লৈপাক অমা ওইনা লৈবম্বা 15th October 1949 দা ত্রিপুবানা ভাবতকী লৈঙাকনুংদা পুনশিনখ্রবা মতুংদা তোঙান তোঙানবা নিংতম লাহৌলুপ (All Tripura Tiger Force) নাচিংবা থোবক্তুনা মনিংতম্বা লৈপাক অমা শেম্মনবা হোৎনবকখি। অদুবু ত্রিপুবীশিংনা মাকপ থোক্লকপা মতমদদি মীতোপাশিংনা মখোযগী অপুনবা মীশিংদগী শকক অহুম হেনগৎখিদুনা মবমদমগী লৈঙাক ফাওবা মীতোপনা পাযদুনা লৈবমলে । মদুনা মখোযগী ইহৌ অদুগী পন্থুং অদু মমি শামখ্রে । যেংশিনখিবদা ত্রিপুবীশিংনা মিতোপকুম লৈবে মদুমক্কা নিংতম লানহৌ অদু কনাগীদমক্তা হৌবিবনো হাযনা

হংজবদা চম্মনরে । মদুমক্লা মখোয়গী মীৎয়েং অদু থোমজিল্লক্লবা মীতোপশিং অদুদা ওনশিনবা হৌরকখি ।

ঙসি ফাওবদা লানহৌবশিংনা মীতোপ মশিং থিঙমদনা হাৎখ্রে । মসিমক্লা মীশিং য়াম্লবা মীতোপশিং অদুনা ত্রিপুরা থাদোক্লুনা চৎখিবগী মতুংতা মখোয়বু ঙাকথোকচনবা Bengali Defence Force লিংখৎতুনা খুৎলায় পায়রকখি অসিগুম্বা force অসিবু মখোয়গী সরকার অমদি state অমসুং central force খুদিংমক্লা মতেং পীদুনা counter revolutionary মায় পাক্লা চৎথবা হৌরকখি । (মতাংসিদা ঐখোয়না উবা য়াবদী মীতোপনা মীশিং হেনগৎখ্রবদা খুৎলায়না মীহাৎ মীপুননা কৈদৌঙৈদসু তানবা য়ারোয়, ঙমসু ঙমলোয)।

অসামগী হৌরীবা লানহৌ অসিদসু মখোয়গী হৌরীবা নিংতম লানহৌগী ওন্না তৈনবদা অসামদা থোমজিল্লক্লিবা মীতোপশিংদা খুৎ থাবা হাৎপগী থবক অমা ২০০৬ তগী হৌনা চৎথবকপা হৌরকলি । মরমদি অসামগী অপুনবা মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অমা মীতোপনা ওইরখিবা মসিমক্লা তেরোরীসকী থবক্লি হায়না খংলগসু মখোয়গী নিংতম ঈচৌ অদুগী ব্রাহ্মত্বোক লৈরোয়দবগীদমক খুৎ থাবনি হায়না লৌবা যাই। মণিপুরদসু মীতোপ কয়া লৈখিদ্রে হন্দক্তসু ২০০৮গী মার্চকী তাং ১৭, ১৮, ১৯ দা শকখংদবা খুৎলায় পাযর্বশিংনা মীওই ১৫ হাৎখ্রে। ঙসি ফাওবা North East কী ILP চৎনদবা state মরি অসিদা মীতোপ কয়া অমা লৈখিদ্রে অদুবু মীতোপকী মীশিং হুন্থরকপগী মতুংতা হেন্না হেন্নদুম থোমজিল্লকপা অমদি খুন্দাশিল্লকপদি লেপত্রি। অমদি ট্রিপুরাদা মীতোপশিংগী defence force লিংবগুম Assam দসু Bengalli defence force মপুং ফানা লৈরে । লোয়ননা মণিপুরদসু Govt of Hindu Bashi অদুগা মখোয়গী Army wing না Hindu Army হায়না শঙনবা অমা লমদমশিদা চট্টী খরগী মমাংদগী লিংখৎতুনা থবক পায়বা হৌখ্রে । ঙসি কংলৈপাক (মণিপুর)দা মণিপুরবু নিংখা তমহনগনি হায়দুনা UNLF, PLA, PREPAK,KYKL, KCP, অদুগা মা মাগী ফ্রুপকীদমক্তা PULF, KRPA, KRR, UKRP, KNF(P), KNF(S), KRA, UKLF, ZRA, Hmar People's Convention /Council - HPC (D), ZDV (Zou Defence Volunteer), KLA, KNA, KNF (MC), KNF (Z), USRA অমদি NSCN নচিংবা কয়ানা লেপতনা চংশিল্লি। অদুবু মখোয়না মীয়ামদা শিন্নগদৌরিবা নিংতম্বাগী ফিরাল অদু লমদমসিগী য়েলহৌমীশিংদরা নত্রগা মীতোপতরা হায়না হংবগী তনজা লাক্লে। ঙাসদি মীতোপশিংনা লমদম অসিদা মরমদম ওইরকলগা য়েলহৌমীশিংনা যুমদাংবা ওইরক্লি । লৈরিবা লংদায় অসিদগী হেনজিনখিবদা অমুক হৌগৎপা ব্লারগনি ত্রীপুরাগী ত্রীপুরীশিংগী ফিভমদুমক তারগনি । মতাংসিদা কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংগী ফিভমনা কমদৌরি ? য়েংদুনা মুৎপা ঙাযখিদ্রা ?

ভাবত লৈঙাকনুংদা লৈবীবা অৱাং নোংপোক্কী state শিংদগী মীতোপ তকথোকপা হাযবসি হিংশানা যাবোই । ইবৈপাক ইবমদম অসিবু মীতোপকী মখুৎতগী ভাবত লৈঙাকনুংদা লৈন লৈনা কনজবা হাযবসি লমদমসিদা Inner Line permit system চৎনববখক্তদা কনজবা ঙমগনি । অদুবু Inner Line permit চৎনবগসু মীপান তাংবগী হৈনবী অদু থদোক্তবদি কবিসু কান্নবা ফংলোয খ্বাযদগী লুবীবদি শকফম কাযনা শোকচিনখিবসিনি। শোকচিনখিবগী মবমসু কংলৈচাশিং অসি মীনুংশি যাম্না চাওই, নিবদা পিগাল্লি, অৱাবা উবা ঙমদে, থৌজাল যাম্না হৈ, ঙাকপীবা হৈ অদুগা চৌল্লবা গুনশিং অদু কনাদা কবম্বা মফমদা শীজিন্নগদে হাযবদি খংদে অদুনা মপানগী মীওইশিংদা যাম্না নুংশিনা অঙাং অহন খাযদনা ভাযা কৌবগী চৎনবী লৈ । ভাযাগী বাহম্পোক খংব্রা খংদব্রা খঙদে। খবা পৈশা পাযববদি বাবুজি কৌবগী চৎনবী অমসু থুংলবে । বাবুজি, ভাযাদ মীৎ কন্না যেংলুবা যাদবগী তাঞ্জা লাক্লে । মবর্মাদি ঐখোযগী ইশৈন্নি, ইবার্যান, ইমাকনি, নিঙোন মবানি হাযবগী মশিং খিঙমদনা হেনগৎলক্লে। মীতোপকাদমক পাম্বোম তিংদুনা থৱায ফাওবা থাগে হাযবা মীওই যামখৎক্লে । লিলা, ড্রামা, সিনেমদা মীতোপশিংগী মথেল অমা যাওববদি লিলাদু standard যাওবতম খন্নবক্লে, ইশাগী লোন ঙাংবদগী মযাং মবোল ঙাংবনা অখং অহৈ শগনবে । থৌদোক ৱাথোক্তা মযাং যাওবগা মাযাম মাংদা শঙ্গ লৈবা শরুবে । মীতোপতা মচা থাজবগা হবাওজবা মমা মপা মশিং যাম্লক্লে । মযাংগা লমদমসিগী নুপিশিংগা পোৎ যোনমিন্নবা, ফাম্মিন্নবা, চামিন্নবা, চৎমিন্নবা, অবোননা মবী লৈনবদা, যামশিল্লকপনা হামু হামু তাবক্লে । মসিমক খংবনা মপানদগী নৌনা কাববাব তৌবা চংলকপা মেলাগা পোৎ চৈ যোনবা মীতোপ দাববাববালাশিংনা লমদমসিদা হেক চংলবপগা পোৎ যোনবা যাওনবা লমদমসিগী মশক মতৌ চংখোনবা কযা থি । মখোযনা গালস মেন নুপা পামদে। মচল মচৌশিংবু মযাং কাববাব বালদা শিন্নবগী থবকনা মযাংগা শংগা তৌবগা চাওথোকচবা মীথিবোং মীতম্বান খবনা পৈশা লৌবগা শিন্নে । মমা মপাদু কবিসু হাযদে নুমিৎ চুপ্পা নুংমিদাংগী পুং ৭ ৮ ফাওবা মযাং নুপা শিংদুগা লৈমিন্নবদা কবিসু খন্দবগী থাক যৌবে, লোযনবা নকশিনবদুনা হেনজিনখিদুনা মীতোপ অমা শকখংদবগী মখুৎতা লৈতবদা নোংঙানবা ঙাযঙমদ্রে । কনানা হাৎলিবনো ? কবি মবমগীনো ? মবাল লৈতবা শোকপা যাবোয শেংদোক্কদবনি ! হাযদুনা ধবনা ফম্বা, খোংজং চংশিনবা, কপ- লাওবীবা মদুদগী হেন্দোক্তুনা বেলি চৎপা, পৈশা ফাওবা খাযবগা মতেং পীবা, নাকল অমদা ইবমদমসিগী

মীওই অমা শক খংদবা নত্রগা Security force না কাপ্পদা লৈতবদনা মরাল লৈদুনা তৌরীনি হায়দুনা তুমিন্না লৈথোকপা মীচা শিবদা কপপা, পামবোম তিংবা, ঈচা শিবদনা নাচুংদবা, কপতবগী থাক্তু য়ৌনা শোকচিনখ্রে ।

শারী, সলৱার শেৎলগা, নাসিকা হুৎলগা, মঙ্গল সুত্রা শিরগা লায়বক্তা শিন্দুর নমদুনাময়াংগীচৎনলোনচৎতা লুপশিনবা মশিং থিঙমদ্রে । মীতৌ তম্বগী তম্বা মীতোপশিংনা মখোয় মশেন শৌগৎনবা বিহারীনা বীহারী হোতেলদা, বেঙ্গলি, মরৱারী, পঞ্জাবীশিংনা মখোয় মখোয়গী মীনা ফম্বা দুকান্দা পোৎ লৈনব অদুদং তম্নবদি ফগদবনি অদুগী ওন্ন- তৈনবদা ঐখোয়দি ঈরমদমসিগী মীওইনা ফম্বা হোতেলদা, দুকান্দা চংনিংদে মীতোপ্না ফম্বা হোতেলদা, দুকান্দগী পোৎ লৈরগা নুংঙাইজে । ইশাগী থবক মীতোপনা তৌবীরগা পেনজবা লমদমসিগী খুনায ওইরক্লে । ঈ তোংদা হৈনবীদুনা চুশিনখ্রে । হেঞ্জনলক্তুনা মীতোপ য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমলোয়দবগুম খন্নরে। থওইনা নখোয়বু ময়াং য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমগদ্রা ? হায়না হংবা য়াওরে । খংমিন্নবা য়াবদি "ইরমদমসিদা থোমজিল্লক্লিবা মীতোপশিং অসি হঙ্গাম মপুন অমা পুথোক্তুনা লৌবুক্তা কুমদুনা ফৌ বোরা অমা পুথোকপা নত্তে । সুপন্তগী ইরমদমসিদগী শেন্দোং তানবাখক্তনি হায়বা ফাওবা কাওখ্রে" " হকচাংদা লেপ্পা লৈতনা চুপ্লিবা তিন অসিনা লেপ্তুনা চুপ্লবদা মীওইবা অদু কয়া কুইনা হিংখিগনি" অমুকসু ঈ চুপ্লিবা তিন অদু লৌথোকপগী মহুৎতা তিন অদু লৌথোকখ্রগা কবি ওইরক্কদগে হায়দুনা মীপাযদুনা লৈরে । মতম শাংনা মীনায় ওইবগী হৈনবীদুনা মপু ওইবম্মী নিংখা তমলম্মী হায়বা ফাওবা কাওখ্রে। ঙসিদি শন্দ্রেম্বী ইমাদি ঙকশম য়ৌরে হায়বদু য়ৌরে হৌগৎপা ৱাগদৌরী ।

"ঐখোয় মশেন হাৎনবগী লান অসিদি নিংতম্বগী লান নত্তে, মসিদি ৱাখল খনবা ঙমদ্রিবঁ মীগা মীগা পাও ফাওনবা ৱারিডে নুংগী যুক্তা লৈরীডেগী থাক্তা হুন্ডবনি "

- অইবা

# অহুমশুবা পন্দুপ

## মীতোপ চংলকপগী উপায় অমদি লম্বী

মীতোপ হাযবগা ঐখোযনা মখল অনি থোক্লা উবা যাই মদুদি ভারত মনুংগী (Internal Migrant) ওইবা অমদি ভারতকী ৱাংমদগী চংশিল্লকপা (International Migrant) নি । ঙসি কংলৈপাক (মণিপুর)সিদা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লক্লীবা মীতোপ অসি মথক্তা পনলিবা মখল অনিমক ওইবী ।

মীতোপশিং অসিনা লমদম অসিদা হেক চংলকপগা মখোযগী খ্বাযদগী সেকুওর ওইগদবা মফম খন্দুনা লৈ অমদি খুন্দায অদুনা মকওইনা লমদমসিদা মখোযগা শক কুচু মান্নবা মপান লমগী অর্ম ফোর্সসেসশিংগী কেমপশিংগা নকুনা খুন্দাবা ঐখোযনা উবী।

মণিপুরগী নিংথৌ নিংথেমচা বুধচন্দ্র মহারাজনা নেপাল্লি নুপী ঈশ্বরীর তালোয ওইনা লৌখি অমদি মহাক্কী ঙাকশেন্নবা মণিপুরদা নেপাল্লি খরা লাকখি। মতুং তাররকপদা নিংথেমচা মহারাজ বুধচন্দ্রগী মীযেং মখাদা মতমদুগী প্রসিদেন্ত মণিপুর স্টেট দরবারগী ওর্দর নম্বর ২ ঈং ১৯৪৬ কী আগষ্ট তাং ২ ১ না কাং পোকপাদা নেপাল্লি মমনাক ৮০ খক হন্দানবা মযারা পাখ

**ANNEXURE I**

Manipur State Durbar (H C )

Resolution

মাসগা খুদোংচাবা অদু পারুবনা নৌনা থোমজিল্লকপা নেপাল্লি কযানা খুন্দাশল্লকুনা সেনাপতি দিষ্ট্রিক অসিগা খ্বাযদগা মীশিং যাম্বা কর্ম্যানিটি নেপাল্লিনা ওইবে । অসুমনা Nepali শিংসু হাননা খুন্দাদুনা লৈখ্রবা Nepali শিংগী মবক্তা লেপ্পা লৈতনা যেপ্পুনা খুন্দানশনখি অমদি খুন্দাশনলক্লি লোযননা মণিপুরগী মফম খুদিংদা শন্দোবকখি । খ্বাযদগী মশিং যাম্না খুন্দাবাবদি মপুরগা চিংগী ডিষ্ট্রিকশিংদনি অদুগা খ্বাযদগী হেন্না শোকচননা খুন্দাবীবনা Senapati District ওইবী ।

মদুমক্তা মণিপুর এসেমব্লীগী মীখন্দা Nepali গী মফম অমা কনবা হৌখিবা Kishor Thapa, Ex-M.L.A অমদি ডি.সি. ফাওবা ওইবক্তুনা মণিপুরদা Nepali শিংগী ডিষ্ট্রিক নত্রগা হোম লেন অমা তানবা যাবগী তাঞ্জা অদু লাক্লে। Sadar Hill গী মকুওইনা কাংপোকপী এবিযা অমদি IT Road কী ঙগা অযাম্বা হান্না লৈবকপা ইবমদমসিগী যেলহৌমীশিংদগী থোমজিল্লক্লিবা মীতোপ্পা মীশিং হেনখ্রে।

ইং শক ১৯৪৭ তা ভারত অমসুং পাকিষ্টান খাযদোকপা মতমদুদা অমসুং ইং শক ১৯৬৯ /৭০ দা East Pakistan দা Bangali শিংগী নিংতম ইহৌ লাকখি। নিংতম ইহৌ অদুগী মকমদা ভারত অমদি Pakistanগী লানফম অমা মীযাম্না খংনখ্রে। মতম অদুদা ভারততা Bangladesh তগী বিফ্যুজি কযা থোমজিল্লকখি। থোমজিল্লকখিবশিং অদুগী শকুক খনা মণিপুরদা থুংলকখি। থুংলকখিবা Bangali শিং অদুনা Serou Sugunu বোমদা মতম খবখক্কীনি হাযদুনা লৈহনখি। অদুবু ঙসিদি খুন্দাশিন্দুনা মবা তাখ্রে অমুক হনবগী ৱাফম লৈত্রে। মসিগী মতুং তাবকপদা লেপ্পা লৈতনা Bangladesh কী Muslim কযাসু থোমজিল্লক্তুনা কনাসু অযেৎপা অথিংবা যাওদনা মণিপুরগী মফম কযাদা খুন্দাশিল্লক্লি। মখোযগী খ্বাযদগী খুদোং চাবনা মণিপুরদা মতম খব খক লৈবগা কংলৈ লোন অসি তেনৱানা মবোল লোনবগুম খব খব হেক ঙাংবা ঙম্বগা মীতৈ পাঙ্গলনি হাযনা মশক তাকচৈ মনুং হন্না থিনদে। মসিমক খংনববা হুজিক হুজিক থেংনাবিবা ৱাফমনি মসিনা মীতোপ মুসলিমশিংনা ইবমদমসিগী মীতৈ পাঙ্গলগী চাকথুং মুনদুনা লাক্লি। পৃথিবীগী মফম কযাদগী লাক্লীবা মুসলিমশিং অসিনা লমদম অসিগী মীতৈ পাঙ্গলদগী মখল খুদিংমক্তা শিংবা, খাঙবা কনবা মীবু শুম্বা ঙম্বা হৌল্লি। মপুং ওইনা ধর্ম মান্নবগী খুদোং চাবা লৌদুনা মখোয় ঐখোয অমত্তনি হায়দুনা পুনশিন্নবা হোৎনলকপদা মফম অমা পীকবদগী ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চর্নালি হাযদুনা মীখুৎ চর্নাখিবান হায়বসি মীতৈ পাঙ্গলশিংনা ঙসি ফাওবা খংদনা লৈবগুম উবী। মসিমক্তা মমৈদাদ মীতৈ পাঙ্গলনা Govt গী মাযকৈদগী ফংগদবা চাওখৎ থৌবাংগী খুদোংচাবা খ্বাদংমক মুনখিদনা ভাসগী চাং অসিদগী হেনগৎপা ঙমদনা লৈববা যাই। মাকল অমদা Mizoram লোমদগী অথিংবা যাওদনা থোমজিল্লকপা তোঙান তোঙানবা Community শিংনা Churachandpur District তা অচৌবা চৈথেং অমা পীদুনা লাক্লি। অমুকসু ইবমদমসিগী কুকি ঐচিল ইনাওশিংগা লোন মান্নবগী খুদোংচাবা লৌবগা Myanmar লোমদগী Myanmarese Kuki শিংনা Chandel অমদি Churachandpur District তা খুন্দাশনলক্তুনা লমদমসিগী Kuki

Indigenous People শিংগী হকতা অচৌবা মফম অমা লৌদুনা লাক্লি। মসিনা লমদমসিগী কুকি য়েলহৌমীশিংবু কুপশনখিবা য়াবগী থাক্তা লাকপা হৌরে। অদুবু চৈনা ফাওদবা তপ্পা তপ্পা মনা মনিল নায়দবা Dilution ওইবনা কুকি ইচিল ইনাওশিংনা তুমিন্না ঙসি লৈরী, থুমজিল্লক্লিবা ইশিংদুগী ইরোনুংদা লুপখিগনি হায়বা কনানসু খননদ্রি।

খ্বায়দগী নৈননিংঙায় ওইবা, নুংঙায়বা ব্রাফম অমদি লেপপা লৈতনা অথিংবা য়াওদনা থোমজিল্লক্তুনা খুন্দাশন্দুনা লৈশনখ্রিবা লৈশল্লক্লীবা মীতোপশিং অসিদি করিসু নাচুংদে, নাচুংলুদে। অদুগা ইরমদমসিগী মীওই অমনা মরুওইনা মীতৈশিংনা চংশিন্দুনা খুন্দাবদদি ব্রাথোক হেক্তা ওই। নাকল অমদা ঐগী ঈরমনি, ঐগী ঈরমনি হায়দুনা পোংলি লাওরী মতাং অসিদা খংমিন্নবা য়াবদী ঐখোয়না চাওথোকচরীবা ঐ ঐগী ঈরমদম অসি কনাগী ওইরক্লি, ওইখিগদৌরি। ঐখোয়গী অপুনবা মীশিংগী ৩১.৭১% না মীতোপনা ওইখ্রে হায়বা ফাওবা খংজদে। চিংগী অপুনবা Tribal মশিংদগী মীতোপনা লিশিং ৩৩,৭০৬ হেনখ্রে হাযবসু নিংশিংনদে মতাংসিদা ঐগী ইরমদম ঐগীনি হায়না পোংজবগী, মুকচবগী রাঽন্থোক করিনো ?ঐখোয় মশেন মুক্তরীঙৈ, চাকলুক মুন্নরীঙৈ, ব্রাখল তাবকপদা মীতোপগী খুৎতা তারমগনি। মতাংসিদা থমনিংলিবদি ঐখোযনা অহানবদা পুন্না তৌমীন্নগদবা থবকসি করিনো হাযবসি পুন্না খংমিন্নদুনা পুন্না থবক পায়খৎমিন্নবা চংঙি। মতম য়ৌরে মতম হেনখ্রগনি।

Internal Migrant অসিদি ভারত সংবীধানগী Article 19 গী Fundamental right অমদি right to freedom না পীরীবা ভাবতকী Citizen অমানা ভাবতকী মফম খুদিংদা চৎপা, লৈবা খুন্দাবা য়াই হায়না পীরীবা, অসিগী খুদোংচাবদু লৌরগা লমদম অসিদা মরুওইনা ১৯৫০ গী 18th November গী মতুংদগীদি অথিংবা য়াওদনা লেপ্পা লৈতনা থোমজিল্লকখিবনি অদুবু লমদম অসিগা য়ুমথংনরীবা Nagaland State তা Inner Line Permit System লৈবনা অপনবা খরখক পীরী অদুবু Churachandpur (town) District Council গী Executive Officer না পীবা মেনশন্দবা ফোর্ম অমা মরুওইনা গুব্রাহতি বস কাওন্টরশিংদা লুপা ১০০-২০০ ফাওবদা ফংহল্লী মসি পায়রবদি Nagaland ফাওবদা কবিসু অয়েৎপা লৈতে মেনশন্দবা শক্তাক চে অদু চহি ২০০৪দগী হৌনা কোপী অমখক্তনা ফোটো কোপী তৌদুনা ঙসি ফাওবা মপান লমগী মীতোপশিং বসকী Passenger ওইনা লাযনা ফংনবা হোৎনবদা মরুওইনা শিজিন্নবনি।

নাকল অমদনা মণিপুরীগী Lower Court শিংদগী পৈশা খর খক

No.3/1?/ADSC/NOC/99.
AUTONOMOUS DISTRICT COUNCIL:
CHURACHANDPUR.

MOVEMENT PERMIT.
Dt. Churachandpur, ...... 2004.

1. Name .Md. Nasir Khan s/o, d/o, w/o. Md Ali
2. Year 27...
3. Occupation. Business
4. Address: Silguri..... ward No.4... Churachandpur Town.
5. Proceeding to ............... via Dimapur Road :NAGALAND.
6. Reasons. Business
7. VALID UTPTO---. 4/7/2007

EXECUTIVE OFFICER
Churacahandpur Town.
Executive Officer (Town)
District Council Churachandpur

তিংলগা মীতোপ অমগী মীংদা মহাক্কী family নি হায়না মীওই ৫ /১০ গী মমিং হাপ্তুনা Affidavit লৌদুনা মপান্দা পুথ্রগা চংলকপদা মীওই ৫ /১০ অদু অয়েৎপা য়াওদনা পুশল্লক্লি। ঙসিদি খ্বায়দগী লায়বা মওংদা বিহার, নেপাল তান্না বস চেন্দুনা অথিংবা য়াওদনা মীতোপশিং চংলক্লি অমদি High Way পেসেঞ্জর বসতা নত্তনা অসিদা চেল্লিবা ত্রকশিং অসিদা পৈশাবু পীরবদি খোংতেক মীতাং, অঙাওবা ফাওবা লমদমসিদা পুশিল্লক্লি, অনৌবা থৌরাং অমদা N.H-53 জিবী লম্বী অসিদা গ্রীফ (B.R.T.F.) কী থবক শুননবগী মমিংদা অসামদা খুন্দাশনদুনা লৈরীবা বঙ্গলাদেশি মেঘালয়াদগী তন্থোরকপা কয়া অমদি নৌনা লাকপা বঙ্গলাদেশি কয়া লেপ্পা লৈতনা থোমজলক্লি । মখোয়শিং অসি বস অমদা মী অমা অনি য়াওরকপগী ৱাফম নত্তে । বস, তাতা সোমোগী মতেংনা গাডী মপোৎ থননা থননা চংলকপনি মসিগী ময়েক লারবা খুদম হাইববু হৌখিবা ২০০৭ সেপ্তেম্বরগী তাং ২১ দা FREINDS না মীওই ৫৬ ফাদুনা পুলিসতা সিন্নরবা মতুংদা জেলদা থাজিনখিবা অমদি ২০০৭ গী ওক্টোবর তাং ২৯ দা মীওই ১০ তাতা সোমো AS11C 3612 দা লাকপদগী ফবা মীতোপ য়াওবা ততা সোমো অহুম অমনা নানথোক্তুনা চেনখিবা লোয়ননা মথংগী নুমিৎ বস অনিগা লোযননা তাতা সোমো অহুমদা পুন্না লাকপা মীতোপ ৮২ ফাদুনা ইম্ফল ৱেষ্ট পুলিসতা মখা তাবা ভেরীফিকেসন তৌননবা শিন্নখিবা ঐখোয় খুদিংনা

খংনববা ব্রাফমনি থেংনবা খংহৌবা খরখক্তনি অসুম্মা ঙসিদি হান্ননা খুন্দাশিং দুনা লৈশনখ্রবা লম অসিগী হব্রা নুংশিং ফজনা খংলবা মীতোপ কয়ানা মীতোপ পুশিল্লক্তুনা মীতোপ অমদগী পুশিনবগী পৈশা লৌদুনা লেপতনা কারবাব ওইনা তৌবসু যাওদবা নত্তে মযাম অসিনা ঙসিগী মিতোপকী মীশিংগী চাং অসি যৌবকখিবনি।

## মীতোপ পুশিল্লকনবা হোৎনবদা

**Imphal West Oath Commissioner**

**H. Iboyaima Singh, Manipur, Regd. No. 104 of 2007 গীবা Affidavit**




MANIPUR 0UAA 21344

**BEFORE THE OATH COMMISSIONER MANIPUR AT IMPHAL**

**AFFIDAVIT**

I Satya Debnath aged about 20 years S/o Late Jatindra Debnath a resident of village Bhawairthana P.O. Bhawairthana P.S. Sital Kuchi District Cooch Bihar West Bengal at present staying at Uripok P.O. & P.S. Imphal Imphal West District Manipur do hereby solemnly swear and affirm as under

1. That I am a bonafide and law abiding citizen of India and permanent resident mentioned above
2. That I am a painter and working in Manipur since 2005
3. That I say that I am going to West Bengal i.e. my home via Nagaland by bus to meet my relatives and I will come back here in Manipur to complete my works till 2009

Verified today on this 8th day of January 2008 at Imphal that the contents of the aforesaid affidavit from para 1 to 3 are all true and correct to the best of my knowledge and belief and nothing contained therein are false

Signature of the Deponent
(SATYA DEBNATH)

Solemnly affirmed ... 8/1/08
Advocate
is identified by ...
Advocate

# মরিশুবা পন্দুপ

## মীতোপশিংনা হকথেংননা য়েলহৌমীশিংদা পীরীবা চৈথেং

ভারতকী মনুং অমসুং মপানদগী থোমজিনলকপা মখল অনিমক্কী মীতোপশিং অসিনা খুন্দাশল্লক্তুনা অহানবদা লমদমসিগী শিনমিশিংনা সুরীবা থবকশিংবু তপ্না তপ্না মুনশিল্লকলি । মতম কয়াগী মমাংদগী ঈরমদমসিগী মীওইখক্তনা ইরমদমসিগী থবক শুজরম্বদু ঙসিদি মীতোপনা মহুৎ শীন্দুনা মীতোপনা সুরদবা থবক য়াওদ্রে । উ শুবা, য়ুম শাবা, য়োৎতেক থাংতেক খোম্বা, ফীয়োনবা, অরোনবা কারবার তৌবা, পোৎ হোনবা, রিক্সো থৌবা, থেল্লা ইনবা অচাপোৎ য়োনবা, শম ককপা, খোংউপ শেম্বা, য়েনশাং নাপীয়োনবানচিংবা করবার মখল কয়া অমদি Govt.গী তোঙান তোঙানবা লোয়শংদা ফাওবা মখোয়গী মফম কনখ্রে । অপীকপা State অসিগী ফংজবা মহৈ মশিং তম্বগী চাকথুং ফাওবা মীতোপ্না শরুক মুনশিল্লক্লি ।

MBBS, BDS, BE, Agri , Engineer নাচিংবা Entrance Exam. অমদি MCS, MPS Exam দা মীতোপশিংগী মচা-মশু কয়ানা য়াওশন্দুনা লমদমসিগী য়েলহৌ চাশিংগী ফাংগদৌবা চাকথুং অদু ফাওবা য়েন্নবা হৌখ্রে । মসিগী মরুওইনা খুদোং চাবা পীবদা মতেং পীরীবদি ইরমদমসিগী ডি.সি. শিংনি । মবর্মাদি ডিষ্ট্রিক্টশিংগী ডি.সি.শিংনা Domicile পীবা মতমদা তৌফম থোকপা Proper Investigation তৌদনা পীথোকপা অমুকসু মীতোপশিংগী খ্বাযদগী খুদোংচাবা অমদি ডি.সি. খরমখৈদি মীতোপনা ওইবা লোয়ননা খ্বায়দগী মরুওইবা অমনা ডি.সি. গী ওফিসতা Domicile গা মরী লৈননা পায়রিবা Staff শিংনা Genuine ওই হায়না ফাইল হেক্তা থাগৎপগী চৎনবীশিনসু অমনি । থাগৎলীবা ফাইল অদুনা লমদমসিগী কদায় ফাওবা অকায়বা ওইরক্কনি হায়বদু খন্নদবনি । মসি থোক্তনবা চেকশনফম থোকই। নাকল অমদা Domicile পিবা মতমদা Voter List নত্ত্রগা রেসন কার্ডকী মথৌ তাই অদুবু মদু য়াওদ্রবসু মনিংথোংদগী চংবগী চৎনবীসু অদুম লৈতবা নত্তে । রাজনিতি ব্বালাশিংনা মা

মাগী Election দা ভোট ফংননবা ভোটর লিষ্টতা পংহাপ হাপচনবগী চৎনবীদুসু অদুম চৎন্দুনা লাক্লি । ভোটর লিষ্টতবু য়াওরবদি রেসননিং এজেন্টগী পোৎ ফংনবগী কার্ড পাযবা হাযবসিদি অরায়বনি অদুনা মীতোপশিংসু ইরায় লায়না ইরমদমসিগী চাকথুংদা পীদুনা লাক্লি । ঙসিদি মীতোপ কয়ানা প্রধান, জিল্লা পরিষদ মেম্বর ওইবা ঐখোয়গী মাঙদা উরে । লেপ্তুনা থোমজিল্লকপা মীতোপশিং অসিনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া থুংনা খুন্দাশনলকক্লুনা লম কয়া অহেনবা পৈশা পীদুনা লৈশিল্লকই। অমুকসু লমদমসিগী মীওইশিংগী পৈশা চিল্লকপা য়েংদুনা তপনা তপনা পৈশা পীশিন্দুনা মখোয়গী খুবাম নুংদা তাখিবসু কোনগাযনি । লমগী মপু ওইবগা লোয়ননা লমসিগী চনুরা কয়া মখোয়গী তালোয় ওইনা লৌশিনলক্লুনা হাইব্রিড নেসন অমা তপ্পা তপ্পা ওইহলক্লি, অসিগুম্বা হাইব্রীদ নেসন অমা ওইরকপনা ঙসি মীশিং য়াম্লবা ভারতকী ষ্টেটশিংগা শান্ন খোৎনবদা লাক্ল ফানবা ঙমদদুনা মলেমগী (পৃথিবীগী) এরেনাদা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা মিংচৎ লৌরকলিবা মীশিং য়ামখিদ্রবা ভারতকী অচৌবা ষ্টেটশিংগী দ্রিষ্টিক অমগী মীশিংনা হেনবা মতিং লৈবা খুনায় অসিগী মতিং অসি মাংখিগনি অমদি খুনায় অসিবু তপ্পা তপ্পা মমি শামহল্লকই । মমৈদা ঐখোয়গী শক্তম, ঐখোয়গী লৈবাক, ঐখোয়গী লৈঙাকলোন খুদিংমক মীতোপকী খুৎতা তাখিগনি ।


Photo - E Shyamsunder

# মঙাশুবা পন্দুপ

## মীতোপ্পা চৎথরকপা ক্রাইম

কংলৈপাক (মণিপুব) দা মীতোপকী মীশিংনা মণিপুর অপুনবগী শরুক অহুম থোকপগী অমা কনখিবগা লোয়ননা লমদমসিদা তোঙান তোঙানবা crime কয়া চৎথবকলি। অমদি crime কয়াদা চেন্নবশিংগী লোৎফম ওইরকখি । মমাংগী চহিশিংদা নত্তনা চহি অমা অনিসিদা মীতোপশিংনা লমদমসিগী লো এন ওদরদা পীরকপা শাফু অদু পুননা য়েংবদা ইকুই কুইদনা শিল্লোংগী স্প্রিং ফিণ্ড স্কুলদা তম্বা চহি ৪ খক্তা ওায়রীবা অঙাং অনি ফাবদা চেন্নবা মযাং মচা অনি বাজু পিসুৱা অমসুং চন্দ্র প্রকাস শর্ম্মা অনিনা ইম্ফাল ইষ্টকী মোইবাং কম্পু অৱাং লৈকায়দা লোত্তুনা লৈরম্বদগী ২০০৫ কী নভেম্বর থাদা ফাখিবা ।

## শিল্লোংগী অঙাং ফাবা ২ ইম্ফাল ইষ্টতা ফারে

*পোক্নফম নিউজ সার্বিস*

**ইম্ফাল, নবেম্বর ২০ঃ** শিল্লোংগী স্প্রিং ফিল্ড স্কুলগী মহৈবোয ২ কিদনেপ তৌবদা চেন্নবা মীওই ২ ঙসি ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস কমান্দো অমসুং মেঘালয়া পুলিসকী অপুনবা থৃৎপু অমনা ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা মোইবাং কম্পু অৱাং লৈকাযদগী ফাবে হাযবি।

ফাববা মীওই অনী অদুদি - মেঘালযগী খাসি হিলগী মনুং চন্না লৈবা ডিষ্ট্রিক্ট ইষ্টকী শিল্লোং টুগী পঞ্জাবি লাইন্দগী জগৎ পিসুৱাগী মচানুপা বাজু পিসুৱা (২৪) অমসুং শিল্লোং বাবা বাজ্রাবদগী দিবিগীনদা অমসুংশি মচানুপা চন্দ্রপ্রকাশ শর্ম্মা (২৬) নি। মখোয় অনী মোইরাং কম্পু অৱাং লৈকায়দা লৈবা নোংমাইথেম থম্বালজাউগী মচানুপা নোংমাইথেম পিতম্বর (৪১) কৌবা অমগী যুমদগী ফাবনি হায়না পুলিসকী পাউনা হায়রি।

চহী অসিগী আগষ্ট ২ দা শিল্লোংগী স্প্রিং ফিল্ড স্কুলদা তম্বা শিল্লোংদগী মাস্তর সচিং গোইন (০৪), অপোকপগী মিং, দিপক অমসুং বেবী হ্বসা (০৪), অপোকপগী মিং, হরিস কৌবা অঙাং অনী স্কুল চৎপদা লম্বীদগী রাজু পিসুৱা অমসুং চন্দ্রপ্রকাশনা ফাখিবনি। অঙাং অনী অদু ড্রাইভবনা গাড়ীদা স্কুলদা থিল্লকপদা লম্বীদগী গাড়ীগা লোয়ননা ফাখিবনি। তুংদা গাড়ীনা ড্রাইভবগা লোয়ননা শিল্লোংগী চেবাপুঞ্জিগী মফম অমদা হুন্দোক্লন্নগা অঙাং অনী অদু পুবগা মাঙখিবনি হায়রি।

মেঘালায়া পুলিসনা অঙাং ফাবদা চেন্নবা মীওই অনী অসি মণিপুবদা লৈবে হায়দুনা ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসকী এস পিদা ফোটোগা কোন্নন্না পাউ পীরকখি। মবকসিদা, মেঘলায়া পুলিসকী টিম অমসু হৌখিবা নুমিৎ খবনিগী মমাঙদগী ইম্ফালদা থুংলদুনা মীওই অনী অদুগী খোঙ্গুল লীবা য়াওখি হায়না পুলিসকী পাউ অসিনা হায়বি।

ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী পুলিস কমান্দোশিংনা হাযরিবা অঙাং ফাবদা চেন্নবা

মখা লামায় ৫, কলম ৭ তা

(লামায় ১গী মখা)
মীওই অনী অদুগী খোঙুল লীদুনা লৈ-রিঙৈ মরক্তা মোইরাংকম্পুদা হায়রিবা মীওই অনী অসি লৈরে হায়বা অকক্লবা পাউ অমা ফংবদগী ঙসি অয়ুক পুং ১১ রোম তাবদা ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস কমান্দোগী ও সি, কৃষ্ণতোম্বীনা লুচিংবা টিম অমা চঙশীনখি। পুলিস টিম অদুদা মেঘালয় পুলিসকী মীওইশিং অদুসু য়াওখি। হায়রিবা টিম অদুনা নোংমাইথেম পিতম্বরগী য়ুম কোয়শীল্লবদা মীওই অনী অদু য়ুমগী দলা' দগী নাম্থোক্লগা চেন্নবা থৌরাংখি। অদুবু পুলিসনা ওভর পাৱর তৌরগা মখোয় অনী ফাখি। ফারবা মতুংদা মেঘালয় পুলিসতা শিন্নখ্রে। হয়েং এরোপ্লেন্না শিল্লোংদা পুখ্রগনি হায়রি।

ফারবা মীওই অনী অদু তোঙান-তোঙানবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা ফাউনা চেন্নবা ঙাক্তনি। মখোয় অনীনা ফাখিবা অঙাং অনী অদুদি শিত্তরা নত্তগা হিংলিত্রা হায়বা চপ-চাবা খঙবা ঙমদ্রি হায়না পাউ অসিনা হাযরি।

গুৱাহাটিদা লৈবা সুরজিৎ সন্দিল্যাগী চহি ১০ খক্তা ঙায়রীবা দোনবোস্কো স্কুলদা তম্বা বারুনবু তমথিনা মকক মকক কক্লগা হাৎলম্বা অনুপম দাসনা ইম্ফালগী পাওনা বজারদা ইলেক্ট্রিকসিয়ান শাদুনা অজন্তা হায়না মমিং ওন্দুনা লোৎলম্বদগী ২০০৬ কী মে থাদা ফাখি ।

# Father courage tracks son killer

By Anup Sharma/TNN

Guwahati: His tale can put a Bollywood potboiler to shame

Surajit Sandilya tracked down the killer of his 10-year old son Barun, after a painstaking hunt of six years Anupam Das allegedly killed Barun and chopped his body into pieces in 2000 Though Anupam was arrested in 2001 he managed to escape from police custody while being taken to a sessions court

Since then Surajit had been trying out all possible means to track the killer "I had engaged several informers at various places with Anupam's photographs I saw the first ray of hope on May 8 when one of my informers said he had seen a person whose face resembled Anupam's at Paona Bazar in Imphal "

According to the informer, the person had been staying there and working as an electrician but with a different name – Ajanta Rai Incidentally, Anupam too used to work as an electrician in 2000 "I made arrangements before going to Imphal " he said

"On May 12 we reached Imphal and informed the DIG there about our plan I engaged some locals to visit the Sethi Building where Anupam stayed At around 9 20 pm, we saw a person entering the building in an inebriated condition His face matched with Anupam's though he had short hair and a stubble My brother-in law first identified him," Surajit said


Anupam Das: The killer

He added that one of the locals asked Anupam (Ajanta) to go to the DC's bungalow to correct the electric wiring there "Though he initially refused to go, the local youth convinced Anupam and brought him to my vehicle We drove him to the DIG's residence and according to our plans, the police arrested him there' Surajit said

Anupam, who was brought to Assam on May 16 later confessed to have killed Barun a student of Don Bosco school, after physically abusing him at his residence

মসিনা মপান থোক্লা খংনবকপা খব খক্তনি । মসি নত্তবা তোঙান তোঙানবা মখল কয়া ভাবত অমদি মালেমগী মফম কযাদা crime কয়া তৌকববা মীওই কযা লোৎতুনা লৈবমলোয হায়নিংঙাই লৈতে । অসুম্না মপানলমদা মীহাৎ মীপুন তৌবগা লোৎফম ওইবতা নত্তনা লমদমসিদা লৈশিল্লববশিং অসিনা অমুকসু তাবদা হঙ্গোযববা থবক কযা চৎথবক্তবা নত্তে। খবখক নিংশিংমিন্নববদা

হৌখিবা ২০০৬ কী জুলগী তাং ১৭ তা বিজনেল মেদিকেল কলেজদা অনাবশিংগী পুন্সি কনবদা তঙাযফদনা শিজিন্নবীবা ওক্সিজেনগী মহুৎতা ইন্দিষ্ট্রিএল গাস ওইনা সপ্লায় তৌশন্দুনা অনাবা কযা হাৎননবা হোনবম্বা মন্দল কৌবা মযাং মচা অমা ইম্ফাল এন জি এভ্নিন্যাদা লৈবা টুল সেন্টব কৌবা অমগী মমিংদা সপ্লায তৌবম্বদগী ফাখি ।

# রিমসতা ওক্সিজেনগী মহুত্তা ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস ওইনা সপ্লাই তৌরম্বা অমা ফারে



ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস হাম্না সিলিন্দর, সপ্লাইয়াব বাজু কোটো: পোক্নফম

পোক্নফম নিউজ সার্বিস

ইম্ফাল, জুন ১৭: মীওইযগী পুক্ন কনবদা মকওইবা মচাক অমা ওইবিয়া ওক্সিজেন গ্যাসকী মহুত্তা হ চেন্নবা অমপুং নপুং ফান শেংদোকপা লাইত্রিবা গ্যাসনি হায়নর্ববা ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস ওইনা রিমস হোস্পিটালদা সপ্লাই তৌবম্বা নন মণিপুরী অমা আব পি এফনা ফারে।

রিমস হোস্পিটালদা গ্যাস সপ্লাই তৌবম্নিবা নন মণিপুরী অদুগী মমিং বজু মন্দল (২৫) কৌই, বিহাবদগীনি। মহাক্কী গ্যাস এজেন্সি অদুগী মমিংন ইম্ফাল এন জি এভিন্যুদা লৈবা টুল সেন্টব কৌই। ফাববা মীওই অদু ঙসি নুমিদাং আব পি এফনা ইম্ফাল ইষ্টকী জগা অমদা পাউ

মীশিংগী মমাঙদা পুথোক্কি।

আব পি এফকী মাঙাঙলোই অমনা হায়লম অসিগী মতাঙদা মহাক্না হায়খি, দোক্তবশিংনা অনাবা ওপরেসন মপুং ফানা পাঙথোক্নবা মতুঙদা মবম চাদনা মী শিবা য়াওবকপদগী আব পি এফনা মতম কুইনা ওবজার্বেসন অমা তৌদুনা লাকখি অনাবা ওপরেসন লোইরগা দোক্তবনা কলিসু তৌববোই হায়বগা ই ওই বয়া শিবা য়াওবকপদগী লিখুন অমা ফংবা ওমখি। মদুদি মেদিকেল গ্যাস হায়নসু খঙনব ওক্সিজেন গ্যাস সপ্লাইদা দুপ্লিকেট য়াওবে হায়বগী পাউসু ফংবা খ। থৌওং অসিদা আর পি এফনা চিংনবদগী হৌখিবা তাং ৮ গী নুমিদাং

...বেসন থিয়েটবদা সপ্লাইয়ব অমনা তৌবম্প ওক্সিজেন গ্যাস সিলিন্দবশিং অদু চক তৌখি। মদুদা ওক্সিজেন গ্যাস সিলিন্দ মবক্তা ইন্দাষ্ট্রিএল গ্যাস সিলিন্দব য়াওবা থেংনবদগী ফাগৎখি। গ্যাস সপ্লাইয়ব অদুসু ফাগৎলুনা মহাক্না পব কাবগী অনা লায়েংশং অমসু পাইভেট হোস্পিটালশিংদা ইং ২০০১ ... দুপ্লিকেট গ্যাস সপ্লাই তোবা লেং হায়বসি মশানসু য়াজখি।

হৌখিবা তাং ... দা মহাক্ন বি... হোস্পিটালদা ওক্সিজেন গ্যাসনি হায়দুনা সপ্লাই তৌবম্লিবা দি টাইপকি সিলিন্দর অটৌবা পূল্লা ... নি। আই সি যু দা সিলিন্দর ৫ থম্মগা অতোম্না সিলিন্দর ৫ অমনা ওপরেসন থিয়েটবদা থম্লম্নি। ওপরেসন থিয়েটবদা সপ্লাই তৌবম্লিব সিলিন্দব নম্ববনা ২৫৭শিংনা ...১৩৮৩ ১০৬৭৮ ৪১০৮৮৫ ১৬৩০ অমসু ৩১০৭৬নি। সিলিন্দব ৫ অসিগী মনুং য়াওবিবা সিলিন্দব নম্বর ৩১০৭৬ অসি ইন্দাষ্ট্রিএল গ্যাসনি হায়বসি খঙনক

মখা লামায় ৫, কলম ৫ দা

খিবান। সিলিন্দর্বশিং অদুগী কম্পেনি চলান নম্বরনা ১৬০ নি। গুবাহাটি মনাক্কী লোম্রাদা লৈবা আসাম এয়ব প্রদক্টতগী সপ্লাইয়ব অসিনা লৌবগা চহী ১৫ বোম বিমস হোস্পিটালদা গ্যাস সপ্লাই তৌদুনা লাকপনি। অসি গুম্বা দুপ্লকেট গ্যাসশিং অসিনা মীশি মীং। কয়া থোকখিবা যাওদ্রে। তুংদা অসি গুম্বা মীশি মীনাগী থৌদোক অসি থোজনবা অমদি কলহৌনবা হোৎনবকপনি। তৌবতনু হুয়েনিতি গ্রাউন্দদা য়েংলগা মতুঙ মনাও তৌদনবা গ্যাস সপ্লাইয়ব অসিদা চেকশিন বা থম্লে। অহেনবা তৌবক্লবদি পার্টো [illegible] অমা লাক্কনি। মহাক শিবগী [illegible] পাবং গাই তাযখি।

প্রাগজ্যোতি মমসুং স্বকাবগী হোস্পিটাল সপ্লাইয়ব মতুঙদা লাক্তনবা অমসুং চেকশিন্নবা যেংশিনবীনবগা লোয়ননা ওক্সিজেন অমসুং নাইট্রস ওক্সাইদ গ্যাসনচিংবা চেক তৌবগা লৌশিনবীনবা চেকশিন ব্রাসু থম্লক্লি।

চহীসিগী ফেব্রুবাবি ১৩দা লাঙ্গোলদা লৈবা সিজ হোস্পিটলগী ওথোবিটিনসুহায়বিবা গ্যাস সপ্লায়াব অসিনা পীবকপা গ্যাস সিলিন্দবদা চিংনবা লৈবদগী পিবক্লিবা সিলিন্দব ২৫ অদুগী কম্পেনি চলান উংপীযু য়াদবদগী হন্দোকপগী ব্রাফম ফাওবা লৈদ্রে। তশেংনমক্তি গ্যাস অদ দুপ্লিকেট ওইবদগী সপ্লাইয়ব অসিনা চলান উংপগী মহুত্তা গ্যাস সিলিন্দবশিং অদু ওইনা লৌখৎখি। মবম অদুনা অনা লায়েংবদা চঙবা মী ওইবগী পুলিসবু কল্লিবা গ্যাসশিং অসিদগী চেকশিনবীনবা আপিলসু তৌবক্লি।

২০০৬ গী মে থাগী তাং ২৪ গী অযুক পুং ৫.৩০ তাবা মতমদা শিংজমৈ মযেং লৈকাযদা লৈবা কোইজম জানেকী গী যুমদা লৈবা অসাম্মী মচা সোবর্মজিৎ বায কৌবা অমনা লৈকাযদুদা লৈবা লৈশাবী অমাগী কাংখা মখাদা লৈবন্নদগী লৈকাযগী মীযাম্না ফাবদগী মাযকৈ অদোমদা নন মণিপুবী লৈবা যাবোয হাযনা বাবেপ লৌখি ।

২০০৬ কী September তাং ২২গী অযুক পুং ১০ মুক তাবা মতমদা কৈশামথোং কবুই খুন্দা কাবনচোংগী যুমদা ভাবাদা লৈবা বিহাবী লাক্ষমন গুপতা (চহি ৩৪) না Md T Tahıra গী মচানুপী চহি ৬ খক্তা ঙাইবীবী সুলতান বেগমবু নত্তবা লমচৎ চৎনবা হোৎনবন্নগী ব্রাথোক ওইখি ।

২০০৭ গী মেগী তাং ২২ দা U P দগী বিহাবী মচা মচিন মনাও শঙ্কব প্রসাদ (৪০) অমদি মহাক্কী মনাও বটচু প্রসাদ (৩৫) না মান্ত্র পুখ্রিদা লৈবা ব্রাইখোম নিমাবচান্দগী যুমদগী হুই অমা হুবানদুনা যোল্লম্নদগী ফাবকখিবা মযাং মচা অনি অদুবু Freınds না মখা তানা বাহং পা ওতং চৎথবদা মাযকৈ অদোমদগী কেবল ব্রযাব ককপা, সাইকল, বেদিও, যেন, ঘাবনচিংবা অফং অফংবা মখল কযাগী পোৎ চৈ কযা হুবানবদা চেন্নবা ওইবন্মী ।

নোংথাইজিং | মঙ্গল লুপা ১/

# নাবনা ফোর শুংনবা মার্কেটতা লাক্ষ ১.৫ গী ইফিড্রিন কেজি ৫ নন মণিপুরী ১দগী ফারে

ইম্ফাল, জুলাই ৮ ঃ নার্কোটিক এন্দ বোর্দর অফিসর্স (নাব) না থিনা হুম্বগী এবক চংপদা ভবাং নু থিলপ ৫ কোম ভাবদা মগ্নি পশ্বিগী ... ইফিড্রিন পাপদা কেজি ৫ পুদুনা চৎলমা নন মণিপুরী ভদো শাহানি (৩৫) অপোকপা লেখিদ্রম্বা বিদোনো সহানি খিহাবগী বঙ্গরি থানদগী চৌজিক্লা থঙাল বজারগী কাজি নাদিদা লৈবা অমা ফারে। মহাক্লা পুবম্বা ফোর শুংনবা ইফিড্রিন কেজি ৫ অসি লোকেল মার্কেটতা মসিগী এমকে লুপা লাক ১.৫ রোম ওইগনি হায়রি। হায়রিবা ইফিড্রিন অসিদা ফোর ওয়বা লোংশাক অমা হাপচিল্লগা ফোর ওলহল্লবদি মসি ইন্তরনেসানেল মার্কেটতা লুপা ক্রোবগী মথক্তা ওইগনি হায়নস্ নাবকী। ফোংদোবকখি। নাবনা ভাককপা পাও অমা কংবদগী মফম অদুদা মীকুপ ... শিংনা লৈদুনা মহাক্লা পুরকপা ইফিড্রিন অদু ফানা ওমখিবনি। মহাক নুমিৎ হৌমনিগী পুলিস কষ্টদি রিমান্দ লৌখ্রে হায়রি।

তৌখিবা তাং ১ থা ৭, ২০০৭ ইংদা লম্ফেল সুপর্ব মবকেৎতা লৈবা ইবোচৌ কৌবা অমগী ভাবাদা শম ককপা মযাং Dilip Thakur, Satu Thakur Sangkar Thakur Khagriya Khagariya Dist, তাগী RIMS Road তা ভাবাদা লৈবম্বা মখোয অহুম্না নুপি মচা অনিদা মখুৎ শাংলম্বগী বাথোক ওইদুনা মণিপুব থাদোক্লগা চেনখি।

২০০৭ গী আগষ্টকী তাং ১৩ দা শিংজমৈ চিংঙামথক্তা নুংথিলগী পুং ৪ ৩০তাবা মতমদা যোৎতেক থাংতেক খোমদুনা যোনবা বামবতন কৌবা বাহাগী মোজাফবপুব দিষ্ট্রিকতগী বীহাবী মচা অমনা চহি ৬ খক্তা ভাইবীবা নুপমচা অমবু মহাক্কী দুকান্দা পুশন্দুনা থোং লোনশিন্দুনা সোদোমী তৌবম্বদগী অঙাং অদু লাযকন্নখি।

থৌদাং

## চহি ৬ কী নুপামচা ১ নন মণিপুরী ১ না সোদোমী ...

## চহি ৬ কী নুপামচা ১ নন-মণিপুরী ১ না সোদোমী তৌবদগী লায়কল্লে

# Rebel held in Cachar

TIMES NEWS NETWORK

Silchar: Assam Rifles personnel have arrested an "area commander" of the United Bengali Revolutionary Army (Ubra), a lesser known outfit, in Cachar district.

The arrest of Sajal Roy (38) alias Arjun Singh came in the wake of some posters appearing at Borkhola and Katigora circles of Cachar in the name of Ubra last week. The posters read "Protect the interests of Hindus living in the North East and save them from foreign hands".

Security forces were in the dark for quite some time about the outfit's activities. It was only after personnel of the Silchar-based 5 Assam Rifles arrested Roy when he was on way from Silchar to Imphal on Friday that the activities of the group came to the fore.

Security personnel raided his house at the Banubazar area and recovered a 7 mm pistol, one Chinese grenade and a number of magazines and bullets from there.

According to sources in the country's oldest para-military force, Roy has been staying in Imphal for the past few years with his family and dealing in automobile parts.

During interrogation in the custody of Assam Rifles, the sources said, Roy said he was an RSS cadre. But Assam Rifles maintained that Ubra was a militant outfit and procuring illegal arms and ammunition.

The sources added that Roy admitted to the fact that Ubra was in negotiation with a North Cachar Hill based militant outfit to buy arms and ammunition.

Police have found the telephone number of a person of Haflong from Roy's cell phone, the sources said, adding that the two had been in touch regarding procurement of arms.

Assam Rifles on Saturday handed over Roy and the arms recovered from his house to Silchar Police. He was produced before a court here on Sunday.

Superintendent of police (Cachar) Satyen ... said a search was on to arrest Roy's companions. He also added that police were hopeful to count the activities of Ubra which might not have more than ... members at the formative stage.

**TERROR ALERT**

Assam Rifles on Saturday handed over Roy and the arms recovered from his house to Silchar Police. He was produced before a court on Sunday

ঙসি ঙসিমক মণিপুরদা নিশানা লায়চুদুনা হৌগৎলক্লীবা তুংগী য়ুম্বীরেলশিংবু নিশাগী খয়াৎতগী কন্ননবা কননা social organisation শিংনা হোৎনরীঙৈ তাঞ্জা অসিদা মীতোপশিংনা শেন তান্ননবগী - দমক্তা ইরমদম অসিদা মখল কয়াগী নিশাশিং পুশিল্লক্লী । অমদি সেকুরিটিগী কানতিনগী খুদোংচাবা লৌরগা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা য়ুঙাং যোল্লি ।

হৌখিবা তাং ১২ August ২০০৭ দা RSS কী কেদর ওইরম্বা তুংদা United Bangali Revolutionary Force (UBRA) (ভাবতকী যাম্লবা হিন্দুশিংনা অৱাং নোংপোক্তা শন্দা লুপ্না খুন্দাশিল্লপা মতমদা মখোযদা পীবকপা অযেৎপাশিংবু থেংনননবা, ঙাক শেন্নবা মকওইনা লিংখৎতুনা থবক চৎথরীবা লুপ)গী area commander Mr. Sajal Roy (28) alies Arjun Singh বু Assam Rifle না Silchar দগী ইম্ফালদা লাকপা লম্বীদা ফাখি অমদি ইম্ফালদা মতম শাংনা গারীগী মচাক ললোনবা শাদুনা থবক তৌদুনা লোৎলম্বগী পাও মীযাম্না ঙসি খংনরী ।

হৌখিবা ২০০৭ ইং অগষ্টকী তাং ১৭কী অয়ুক পুং ৬ লোম তাবদা মোবেদা লৈবা ২৪ শুবা অসাম রাইফলসনা মোরে ৱার্ড নম্বর ২ দগী য়ুএস গবর্নমেন্টনা কোইতান তান্নরিবা ওসামা বিন লাদেনগী অল কাইদাগী মীওই ওইরমগনি চিংনবা মী ১৫ ফাখি ।

# অল কাইদাগী মীওই ১৫ মোরেদগী ফারে

পোক্নফম নিউজ সর্বিস

ইম্ফাল, আগষ্ট ১৯ : সেপ্তেম্বর ১১গী মতুংদা যু এস গবর্নমেন্টনা কোইতান তান্নবিবা ওসামা বিন ল'দেনগী অল কাইদাগী মেম্বর ১৫ মোরেদগী আসাম রাইফলসনা ফারে।

পুলিসকী পাউ মতুং ইন্না, ম্যা'ন্মার্গী আর্কানদগী সমুদ্র লম্বীদা লাক্লগা বাংলাদেশ অমদি শিলচর ফ ৎদুনা লাকপা ওস্মা বিন লাদেনগী অল কাইদাগী ফাইনান্স অমসুং পব্লিসিটি বিংগী মে ওইবমগনি হায়না চিংনবা ... মঙা যাওনা পূন্না ফোরেন্নবা ১৫ হৌজিক তা ১৭কী অয়ুক পুং ৬ লোম তাবদা মোরেদা লৈবা ২৪শুবা অসাম রাইফল্সনা মোরে বার্দ নম্বর ২দগী ফারে। ফাবরিশিং অদু ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন্দা শুসি শিন্নরক্লে হায়রি।

ফোরেন্নবা ১৫ য়োম্না মোরেদগী ম্যান্মার শুমখৈ লানশিন্নগা চৎখিগদৌরে হায়রবগী অককুবা পাউ অমা ২৪শুবা অসাম রাইফল্সনা ফংবদগী হৌখিবা তাং ১৬ অমসুং ১৭কী লোন্নবা অহিংদগী মোরে বার্দ নম্বর ২গী অকোয়বা শীন থুংনা কোর্যশিন্দুনা থম্নগা নোংঙানবগী অঙনবা অয়ুক্তা মীওই ১৫ অদু যুম অমদি হোটেলশিংদগী ফাখিবনি হায়না পুলিসনা ফোঙদোক্লি।

অল কাইদাগী ফাইনান্স অমসুং পব্লিসিটি বিংগী মেম্বরশিং ওইবমগনি হায়না চিংনবদগী ফাববা মীওই মঙা অদুগী মমিং বাংলাদেশতগী এমদি নাসেম (৪২), ফাইজু রহম্মন (১৭), গ্রেম সলাম (২১), অবুল হুসেন (৪২) অমদি আর্কান লৈবাক্তগী এমদি রেহান (১৮)নি। বাংলাদেশ লৈবাক্তগী মীওই খরগা লোয়ননা শিলচরদগী মোরেরোমদা চঙলকপদগী ফাববা ফোরেন্নর ১০ অদুগী মমিংনা আর্কান লৈবাক্তগী মহাবু বাবার (২২), এমদি জুনেট (২৮), বাসির অহম্মদ (২১), এমদি সলিম (১৩), সবির অহম্মদ (৩১), এমদি রোহিদ (১৭), অব্দুলা (৩২) অমসুং বাংলাদেশ লৈবাক্তগী এমদি অব্দুল (১৮), বাসির অহম্মদ (১৮), সালি অহম্মদ (৩২)নি হায়রি।

মখোয়শিং অসিদগী মপান লৈবাক্কী শেল অমদি পোৎলমশিং ফাগৎখি। থাইলেন্দগী বার্ক পর্মিট, আইদেন্টিটি কার্দ, হোসিপ্টাল কার্দ, ইনকম টেক্স কার্দ, সুবেটা কম্পেনিগী আইদেন্টিটি কার্দ, মলেসিয়াগী কৌলালমপুরগী বেঙ্ক রিসিপ্ট, য়ুনাইটেদ অরাব ইমরেদ (য়ু এ ই) অমসুং থাইলেন্দগী দাইবি অমদি অতৈ অতোপ্পা কার্দ অনীসু ফাগৎখি। শেল ওইনা বাংলাদেশকী শেলদা ১৩০০, য়ু এস দোল্লর ১১০, কেয়েট ১৭০০০ অমসুং শেল অচোইবা ১৫ রোমসু ফাগৎখি হায়না পুলিসতগী ফংবা পাউ অসিনা মথা তারি।

২০০৭ গী ওক্টোবরগী তাং ৩ দা মোরে পুলিসনা ক্রাইম কযাদা চেন্নবমগনি হায়না থাজবা ম্যানমার লোমদগী হার্যজিল্লকপা মুসলিম মচা ৩ এমঃদিঃ হাবিবুলা (২৪) এমঃদিঃহরুন (২৪) অমদি এমঃদিঃ বাসিদ ফাখি।

## সনা শেংজিন্নবগা সনা হুবাল্লম্বা মীতোপ অনি ফাবা

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারি ২৩, ২০০৮ ইং, ফাইবেনগী ১৭ নি পানবা থাংজ (থৌদাং)

ইম্ফাল ফেব্রুৱারী ২২ : অমাদানা লমদমসিদগী মযাই কাবা চিক্লাক মরু ফংনা মুখৎনবগী পান্দমদা থোক্তুনং চংশিন্নিবা অসিদা মযাই কাবা চিক্লাক শিজিন্নবা মীওই কয়ানা মখল মখা কযাগী ক্রাইমশিং তৌদুনা লেন্দাক লৈবী অম ওইনা শিজিন্নরকপগী থৌদোক কযা থোক্লি। অসিগুম্বা থৌদোক কযা অসিগী মনুংদা হন্দক মরক তাবদা অঙকপা পোকপা তাঙনা থোকপা থৌদোক অমা ওইনা মযাই কাবা শিজিন্নবা মীওই থরগা পুন্নগা সনা কোনংদা অমসুং যুম যুমদা চঙদুনা কেমিকেল শিজিন্নদুনা সনা শেংবা শারগা সনা মঙেং তাহন্দুনা হুরানবগী থবক চথরক্লে হায়দুনা মীওই খরনা অমাদাদা ফাবিনবা অহৈবা চেরোল কয়া শীররকপসু লৈরে। মসিগী মনুং চমা অমাদানা মীওইশিং অসি ফানবগীদমক কমা খিবা হুরগী থবক চথররকপগী মনুং চমা ওয়াং নুংখিল পুং ৫ রোম তাবদা অমাদা এখৈ যুনিটনা খুৎপু অদুদা মাংবিখা মীওই ২ ফাগৎখে হায়না অমাদাগী চেরোল অমনা হায়রি।

চেরোল অসিনা মথা তানা ধাময়রিবদা খুৎপু অদুনা যাওবা বিহারদগী লাক্লগা মণিপুরদা লৈবা মুমিং ৬ নিদং ওইখিবা হৌজিক হৌজিক্তা সেনাপটিদা লৈবা নন মণিপুরী কুন্দান' সাহ (২০) অপোকপা সারগ্যা মহেন্দ্র সাহা অমসুং ধর্মেন্দ্র সাহ (২৪) অপোকপা সুরজ সাহা অনিদগী মখোয়না সনা শেংবদা শিজিন্নবা পোৎ চৈ কয়াগা কোরনা ফাগৎখি।

ফাললবা মীওই ২ অসিনা ফোঙদোয়রকপগী মতুংইন্না মখোয়না সনা শীন অমা শেংবা মতমদা চনিং ৪/৫ ফংই। লোয়ননা মখোয়না থবক অসি চথররকপসি হন্দকী অসি থারগা ৪/৫ তুরে। মখোয়গী খুৎপু অসিদা মীওই ২ অসিনা লোয়নবা খুৎপু অসিবু লুচিংবা মীওই অদুসু অমাদানা মশাক মমীং খঙলে। মমীংনা খোস মাধব ঘোষ, সেনাপটিদগীনি অতোপ্পা মীওই-অমনা কিসেনদাস অমসুং শম্ভু দাস ঘোষ। মখোয়গী খুৎপু অসিদা চঙ্গা চাবা মীওই খরসু লোয়নৈ হায়না ফোঙদোক্লে। মরম অদুনা হায়রিবা মীওই অসি তাং ২৫ ফাওবগী মনুংদা অমাদাদা লাক্লম্বা থক্লি। অদুগা ফাগৎলবা মীওইশিং অসিনা অমাদাগী চহন শথাপ মতুংইন্না থবক পাইখৎলবা মতুংদা থাদোকপগনি হায়রি।

অরোইবদা চেরোল অসিনা হায়রিবনা অসিগুম্বা কেমিকেল শিজিন্নদুনা হৌখিবা পুরাণীদা শাক্তিদান গোসায়না মণিপুর মীয়ামদা মীনমদুনা মণিপুরীশিংদা লৈবা তানবা হোৎনখিবগুম্বা মীযামগী ওৎ চাইদুনা নমথাক তৌরগা পোৎ চৈ হুরানবা তৌরিবশিং অসিদগী ঐখোয়না মীকুপ নাইতম শিংনা লৈবিয়ু। মশাক খঙলবা মীওইশিংনো যুম যুমদা লাক্লবা পোৎ চৈ শেংবা অমসুং য়োলহনচিংবশিংদগী লাপ্না লৈবিয়ু হায়রি।

দয়ান কোন্সটিট্যুসনগী মখাদা রিগুলেসন মখল অসি চৎনহনবা য়ারোইদবগী মরম লৈতে । ষ্টেটহুদ ফংনবা হোৎনখিবা অমসুং মণিপুরি লোল ৮শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা হোৎনখিবা মীয়ামগী অকনবা খোঙজংশিংগুম্না হোৎনবদা করিগী রিগুলেসন এক্ত চৎনহনবা ঙমলোইদগে ?

সাউথ ইষ্ট এসিয়াদা চহি লিসাং শিংনা মনিং তম্না নিংথৌ পান্দুনা লৈরকখিবা কংলৈপাক্কী । নিংথৌ পাল্লিঙৈদা অপিকপা ফুরুপ মচাশিং নকসিন্নবা মরিদা ওটোনোমি পিদুনা মখোয়গী শক্তম কায়দনা থমলকখি । অদুবু ওক্তোবর ১৫,১৯৪৯ ইংদা কংলৈপাক মণিপুরনা ভারতকী ফিবান্নুংদা তিনখ্রবা মতুংদা ঈশিং ঈচাওগুম লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকপা মীতোপশিংনা হিরম কয়াদা ফুরুপকি শক্তমদা চাওনা শিংনরক্লি অমসুং অহোংবা কয়া লৈহল্লক্লি । খৃঃ ২০০১ গী সেন্সস রিপোর্টকী মতুং ইন্না কংলৈপাক্কী অপুনবা মীশিংগী শরুক ৩ থোকপগী ১ হায়বদি মীশিং ৭,০৪,৪৮৮ চংশিল্লকপা মীতোপ্পা ওইরে । অমরোমদা য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা চীংবুরোইশিংগী অপুনবা মীশিং ৬,৭০,৭৮২ দগীসু মীতোপ্পা হেনখ্রে । তরাও, পুরুম, সুহতে, রালতেনচিংবা অপিকপা ফুরুপ মচাশিংসিনা মীশিং ১০০০/১০০০ ফাওবা য়ৌবা ঙমদনা লৈরী । ভাবতকী চৎন -পথাপকী মখাদা ঈরৈবাকসিদা মীতোপশিংনা পর্মিনেন্ট সেট্রলমেন্ট ফংদুনা য়ুমবু ওইশিল্লক্লী । মহৌসাদগী লৈজরক্লবা অদুগা শেন্থোক্তি ব্রাৎপা লায়রবা কয়া অমদি লৈবা ঙমলক্তদুনা তাংজবা য়াবা মফম থিদুনা চেন্নখিবা কয়া অমা য়াওখ্রে । চহি খরগী মতুংদা কংলৈপাক্তা হোংলক্কদবা ফুরুপশিংগী শক্তম করি ওইরগবা ?

ইম্ফালগী ময়োল থাঙ্গল বজার, পাওনা বজার, থাংমৈবন্দ, নাগামপান, উরিপোক, সগোলবন্দ, য়াইস্কুল, তেলিপাটি, কোইরেঙ্গৈ, মন্ত্রি পুখ্রি, কংলাতোংবি, চার হজার, তিরুবাড়ী, কলাপহার, সাপরমাইনা, কৌব্রু লৈখা, আই.টি.রোড মনুং, পুখাও, লোক্তাক প্রোজেক্ত, সেরৌ, সাইতোন, মোরে, জিরিনচিংবা মফমশিংদা মীতোপশিংনা কয়া য়াম্না সাইদাংদুনা লৈবিবগে হায়বসি খঙনরবা ঙাক্লি । মরুওইবা টাউন অমসুং য়ুমশিংদা কয়া অমা ভারাদা য়েপতুনা লৈরিবনি । ইলেক্তোরেল রোলদা লোইনা য়াওদুনা দোমীসাইল সাটিফিকেৎ পায়রিবশিংসিনা ঙসিদি য়ুমদাংবনা কৈনাবা হায়বদু ওইরি । মীতোপশিংনা লৈবাক্কী লাইবক লেপ্পদা মখোয়গী হক চাওনা ফংলে । অমরোমদা মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবশিং অমসুং পোলিটিকেল পার্টি পুন্নমক্না তুমিন্না য়েংদুনা লৈবগী মহুৎতা মীয়ামগী য়েংদুনা থবক খরদি তৌফম থোকই । মীতোপ্পা চিফ মিনিষ্টরদি ওইহনগুমসি ।

মীতোপশিংগা লৈমীন্নবকপদগী তম্পাক্তা সঙসকৃটাইজেসন অমসুং চীংদনা খৃষ্টিযানাইজেসন তৌখিদুনা নাৎকী লমদা মহৌশা লৈজবম্বদগী চাওনা অহোংবা লৈখ্রে। লোন, মযেক, ফিজেৎ-চাকচা, শৈশক-শৈবোল কযাদা লমগী ষণনা মচি শাংই হাযনবগুম মিপাল তাংবগী হৈনবী ওইদুনা নাৎতা তিল তাশিল্লকখি। মীতোপতা যুম ভাবা সানবা অমসুং খঙন-চান্ননা লৈমীন্নবা কয়াদগী ফামেন কাবক্তুনা ব্লদ এসিমিলেসন থোক্লে। হাই ব্রিদ কযা সন্দোবক্লী। মীতোপকি মীচং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্তুনা ঐখোযনা মমি সামলবা ফুকপকি শক্তম ওইবক্লি।

লৈপাক্কী সেন্মীৎলোনগী খৃর্জি কংলৈপাক্তদি মীতোপ্পা পায। চেম্বব ওফ কম্মর্সতা ইর্সোন্সিযেল কম্মোদিতি খুদিংমক্কী এজেন্ট মীতোপকী খুৎতা লৈদুনা পোৎ ফংহনগে-ফংহল্লোই অমসুং তাংহনগে-তাংহল্লোই হাযবা পুম্নমক মনিং তম্না চৎথবি। এসেমব্লিগী প্রাইজ ফিক্সেসন কমিটি ফাওবা মীতোপকী ইনম্ন যেঙ্গতা মচিন নমখ্রে। মীযামগী মীহুৎ ওইবিবা পুম্নমকসু মীতোপ লল্লানবশিংগী হাবি-জাবিগী শুমহৎযাইদা লাইর্ধাব ওইবি। ঈবৈবাক্কী কৈথেল পুম্নমক কেপ্টিভ মার্কেৎ ওইদুনা মখোযগী পোৎযোনফম ওইবি। পব কোপতা হনবম বাংদ্রবা লাযববগী পংখৈ মনুংদা লৈবা ঐখোযগী লাইবক মীযানচাশিংগা লৈমান্নদা চতি খবগী তৃংদা কবি ওইবক্কদগে হাযবা লুনা থোকই।

মীতোপশিংনা লৈশিল্লবা মতুংদা ঈবমদমগী মীনা স্-নোমদুনা হিংজগদবা শিনফম কযা অমসু মুনখ্রে। হাযবিবা শিনফমশিংদুদি ঃ শম ককপা, খোংডুপ শেন্বা, থেলা ইনবা, চ-শুন্বা, ঈশিং হোনদুনা যোনবা, পোৎ থাংবা, যোৎতেক থাংতেক খোম্বা অমসুং যোনবা, বিক্সো থৌবা, চেক-শুবা, উ-শুবা, মনা-মশিং যোনবা, তৈ-বা যানবা, চুজাক অমসু চুজাক কবোক যোনবা, যি ইস্ট্রি তকপা, ডবলবাটি শাবা অমসুং যোনবা, শঙ্গোম যোনবা, খবন যানবা অসিনাচিংবনি।

ভারতকী লুক ইষ্ট পোলিসিগী মখাদা ট্রান্স-এসিযান হাইবে কংলৈপাক ফাওদুনা চৎনবা থবক পাযখৎপা হৌখ্রে। গ্লোবিলাইজেসনগী চাওখৎলোন্দা হিবম খুদিংদা সোৎথবিবা ঈবমদম্না মীচং-মীথোক্কী মতাংদা বিগুলেসন এক অমগী মখাদা চৎন-কাংলোন লৈহৌদ্রবদি ঐখোযনা ঙসি হোৎনবিবা পুম্নমক মীতোপ মীযানচাশিংগীদমক হোৎনবিবা তাখ্রনি।

মীতোপতা লম যোল্লদি শেল যাম্না ফংই হাযদুনা যোনখিবাশং অমুক হঞ্জিনবদি ব্রাবনি। লোইননা যোনখ্রগনা মীবম ওইখ্রগনি। ঐখোযনা কদাইদা

অমুক তাংদুনা লৈকুগদগে ? লোযননা লমগী মমিং মীবোলনা মথং-মথং থোল্লক্লি । ষ্টেটকী মিংসু মণিপুর কৌবি। জাৎসু হিন্দু নমওই ওইবি। মতাংশদা ত্রিপুরাগী হোংখ্রবা ফিভম খঙমিন্নসি । ভারত অমসুং পাকিষ্টান মনিং হেক তম্বগা খাযদোক্লবদা বেঙ্গোলি হিন্দু ১০,০০০ খক ত্রিপুরাদা লৈবগী খুদোংচাবা পীখি । ১০,০০০ না শন্দোবকপগা নৌনা চংশিল্লকপগা পুন্সিল্লগা যেলহৌঙেদগী নিংথৌ পান্দুনা লৈজবক্লবা ত্রিপুরিসিংদগী মীশিং হেন্দোকখিদুনা ২ /৩ ওইদুনা এসেমব্লি সিট ৬০ গী মনুংদা ৪০ দি বেঙ্গোলিশিংনা পাযখ্রে । ষ্টেটকী ওর্ফিসিযেল লেঙ্গুৱেজসু বেঙ্গোলি লোলনা ওইবে। সিটি, টাউন পুম্নমক বেঙ্গোলিনা ওকুপাইদ তৌখ্রে । চিফ মিনিষ্টর বেঙ্গোলিনা চহি লিশাং শিংনা ওইবক্লি । মবৈবাক মরমদা ত্রিপুরিশিং মাইনোরিটি তাবে । সম্প্রেন্থি ইমাদি খ্বাং যৌবে হাযবদুমক ওইবি । কংলৈপাক মণিপুরদদি মসিমক থোকহন্দনবা ঙসিগী মীবোল্না হনবা লৈতনা হোৎনবগী মথৌ তাবি ।

ঙসি কংলৈপাক্তা ILR চৎনহন্সী হাযদুনা Social Organisation শিং পুনশিন্নদুনা হোৎনাবির্বাস কবিগীনো ? ইন্নর লাইন রিগুলেসন হাযবাস বৃটিসনা ভারতা লোইলম সন্দোক্লিঙৈ মতমদা মখোযনা ববরগী পোৎথোব লল্লোন্নবা, অসামগী চীংশিংদা চা পাম্পী থানবা অমসুং লল্লোন হীতক চৎথবদা মপানগী ফোর্সশিংনা অথিংবা পিরক্তনবা মসিনা কোল্লিবা লমদা চৎন পথাপ অমগী মখাদা থম্নবা অদুগা মপান্থোংদনা বেকরার্দ ওইনা মতৌশাদগী লৈজবক্লবা ফুরুপশিংগী নাৎ অমসুং শক্তম ঙাকচানবগীদমক শেম্বা মানবা চৎনলোন রিগুলেসন মখল অমান । মসি Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 হাযনা খঙনৈ । খৃ ঃ ১৮৭৩ গী নভেম্বর ১দা চৎনবা হৌখি । Preamble গী Provision of Act XXXIII Vict Cap 3, Section I না অসামগী লমশিংদা চৎনবা যাবগী অযাবা পী ।

বৃটিসনা ভারত থাদোকখ্রবা মতুংদা রিগুলেসন অসি মখা তানা ইন্দিযা গভর্নমেন্টনা চৎনহল্লি । হৌজিক্তি তসেং-তসেংনা ILR অসিনা Territorial Integrity ঙাকপদা, মীতোপ্পা লমগী মপু ওইখিগদবদগী কঞ্জনবা লোযননা ফুরুপশিংগী শক্তম ঙাকপদা যাম্না কান্নবা পাম্বৈ অমা রিগুলেসন অসিনা ওইবি । হৌজিক হৌজিক ইন্নর লাইন রিগুলেসন অসি ইন্দিযান কোন্সটিট্যুসনগী অযাবা মখাদা নাগালেন্দ, অরুনাচল প্রদেস অমসুং মীজোরামদা চৎনবি ।

কংলৈপাক মণিপুরদদি বৃটিসকী ILR অসি চৎনবমদে । সনা কোনুংগী দরবারনা পার্মিট নত্রগা পাসপোর্ট সিষ্টেম হাযদুনা মীতোপ ( Foreigner)

চংলকপগী রিগুলেসন তৌনবা মখল অসি লৈরম্মী । খৃঃ ১৯০১ গী মমাংদগী চৎনবী অসি State Police, Land Revenue Office অমসুং Sepcial Foreigners Mauzadaঅফিসশিংসিনা মথংশিংনা থবক তৌদুনা লাকপনা নভেম্বর ১,১৯৩১ দগীদি Foreigners' Department না মসিগী Registration অমসুং Permit Issue তৌবগী থবক অসি কংলৈপাক্তা ভারত্তা পুল্লবা মতুং নভেম্বর ১৭,১৯৫০ ইং ফাওবা চৎথখি ।

কংলৈপাক্তা পাস পোর্ট সিষ্টেম অসি লৈবনা ইন্দিয়ানশিং চংলকপা য়াহল্লমদে । মসিনা মরম ওইদুনা মহাত্মা গান্ধি, রবিন্দ্রনাথ টেগোর, লোহিয়ানচিংবা কংলৈপাক্তা চংহনখিদে । অসামগী সিবসাগর কংগ্রেস কমিটিনা কংলৈপাক্তা পাসপোর্ট সিষ্টেম চৎনরিবসি মুথৎনবা অকনবা চে ইরকখি । মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেস পার্টিনসু পাস পোর্ট সিষ্টেম অসি মুৎথনবা ওক্তোবর ৪,১৯৪৭ ইংদা ব্রারেপ লৌদুনা এবোলিস তৌনবা কন্না হোৎনজমন্দগী মণিপুবগী চিফ কম্মিসনর হিমট সিংহনা সিষ্টেম অসি নভেম্বর ১৮,১৯৫০ ইংদা মুথৎখি ।

মণিপুর এদভাইজরি কাউসিলগী সেসন্দা সাগোলসেম ইন্দ্রামনিনা য়াম্না কন্না রিজোলুসন মুভ তৌদুনা মতমগা চুনবা রিগুলেসন অমা চৎনহন্নবা ফেব্রুৱারি ২,১৯৫১ ইংদা পুখৎখি । কান্নবা ফংখিদে । ভারতকী ওইনা মতমদুগী হোম মিনিষ্টর এস. বি. চৱাননচিংবনা ILR অসি মুথৎনবা অদুগা বি. কে. বোই বর্মননা অকক্লবা লম খরদা থম্লবা খন্নখি । নাগালেন্দ, অরুনাচল প্রদেস অমসুং মীজোরামগী মীযামগী মীহুৎশিংনা কন্না তকসীনবদগী হায়রিবা লমসিংসিদা ILR থম্বা যাখি । মণিপুরগীদি মীয়ামগী মীহুৎশিংনা ILR অসি থমদবারোমদা পাম্বনা ILR থমদ্রে । মরম অসিনা মীতোপ্পা ঈশিং ঈচাউগুম চংশিল্লক্কুনা লমগী মপুসু ওইরকখ্রে । ILR চৎনবা লমদদি রিগুলেসন অমগী মখাদা মীতোপশিং চংহল্লি । তৌইগুম্বসুং পার্মনেন্ট সেট্টলমেন্টদি পীদে ।

মালেমদা মীশিং যাম্বা লৈবাকশিংগী মনুংদা ভারতনা অনিসুবদা লৈ । মীশিংনা ১০২,৮৬,১০,৩২৮ নি । মী কুংনা তাবা দেন্সিটিগী চাংনা স্কায়ার কিমি অমদা ৩২৪ নি । দিল্লিদা ৯৩৪০ , চান্দিগড়দা ৭৯০০, যু.পিদা ৬৯০, বেঙ্গোলদা ৯০৩ অমসুং বিহারদা ৮৩৭ তাই । পর কেপিতা ইনকম ৱাংদবা, লৌউ-শিংউবনা শিনফম মপুং ওইবা লাযরবা লৈবাক ওইবনিনা ভারতকিদি তঙাইফদনা মীশিং হুখনবা ফেমিলি প্লান্নিং চৎথবা তাবনি । মায় পাক্লা চৎথদুনা গ্রোথ রেট খৃঃ ১৯৯১ দা ২.১৬% ওইরম্লদু ২০০১ ইংদা ১.৯৫% দা হন্থরকখি ।

ইন্দিয়ানশিং হিংনবগী শুফম- চাফম থিবগা লোয়ননা লৈফম থিরকপদা অৱাং নোংপোক ভারতলোমদা মীৎয়েং থমলকই । অসামগী দেনসিটি ৩৪০, আরুনাচলগী ১৩, নাগলেন্দগী ১২০, মেঘালায়াগী ১০৩, মীজোরামগী ৪২ অমসুং মণিপুরগী ১০৩ নি । লমদমশিংসিদা মী লন্না তাই । কম্যুনিটিশিংসি বেকৱার্দ ওইবতা নত্তনা মাইনোরিটিসু ওইরিবনি । অদুবু আরুনাচল প্রদেস, নাগালেন্দ অমসুং মীজোরামদদি ইন্নর লাইন রিগুলেসন চৎনবনা মীতোপ্পা লম মপু ওইহন্দে অমসুং মশাগী শক্তম ঙাকচবা ঙম্মী । ILR লৈতবা ষ্টেটশিংসিদদি ফিভম থীনা শোকপা যাওরে। পোলিসি অমগী মখাদা ভারতকী লৈবা চন্দ্রবা মীয়াম ঈরৈপাক মণিপুরদা লৈহন্নবদি করিগুম্বদসু সিল্লোইদৌবনি ।

মীতোপ খন্দোক্লুনা মখোয়বু হলহনখিনবগী মুভমেন্ট কযা চৎথখ্রবসু সোলুসনদী ভারত সরকারনা খঙন-খঙনা তৌবিদ্রে । অহোইননা পোলিসি অমগি মখাদা ইনগিৎ পীদুনা লৈহনবগুম তৌরি । খুদম হায়ববু সেবৌ অমসুং সাইতোন্নী । মীশিং হন্থনবগী ফেমিলি প্লান্নিংদা চাইলড বার্থ কন্ট্রোল তৌহল্লগা মীতোপ থাজিল্লকপসি মহৌসাদগী লৈজবক্লবা ফুকপশিংগী কাংখুল মথৎনবগী সাবৌ ওইররে । চংসিল্লক্লিবা মীতোপশিং চাইলদ বার্থ কন্ট্রোল তৌদে । অঙাং ১০ গী মথক্তা লোইনা পোকই । চহি দিকেদ খরগী মতুংদদি মীতোপ্পা মেজোরিতি ওইখিবা তারনি । মসি হকচিন্না লৌফম থোকই ।

ভারতগী লোক সভাগী সিট ৫৪৫ অমসুং রাজ্য সভাগী ২৪৫ লৈবগী মনুংদা মণিপুরনা রিপ্রজেন্ট তৌবদি সুপ্ন-তগী মথংশিংনা ২ অমসুং ১ তনি । লোক সভাদা ভারতগী মীশিং য়াম্বগী মতুং ইন্না মীহুৎ যাম্না খনখ্রবসু ষ্টেট রিপ্রজেন্ট ওইরিবা রাজ্য সাভাদা সুপ্নতগী অমখক খনবাস চুমদবনি । Equal Political rights থমদুনা মশিং মান্ননা খনফম থোকপানি । পার্সেন্টেজদা যেংলদি ইন্দিয়াগী মীহুৎ ৩০০ খুদীংদা ঐখোয়গী অমাগুম্বদনি । শোৎথনা অমসুং মাইনোরিটি ওইনা লৈরিবা ঐখোয়না ঐখোযগী ওইবা বাফমশিং পার্লিয়ামেন্টদা পুথোকপদা মেজোরিটিশিংনা থৌওইবিদনা চহি লিশাং শিংনা লাক্লিরবনি । মেজোরিতি পিপলগা লৈমীন্নবদা নুংঙাই য়াইফবা ইমুং ওইনরনি হায়দুনা মীশিং যাম্না হন্থনবা হোৎনফম থোক্লমাল্লে খল্লি । ঈরৈবাক্কী য়ুম পাল্লবা মীওইশিংনা ফেমিলি প্লান্নীং পাংথোকপদা ইকনোমিক অস্পেক্তরোমদা ঙাক য়েংবা চুমদে । চংশিল্লকইবা মীতোপ্না ঐখোয়দা পীবা সাফুদগী হোংহল্লক্লীবা খুন্নাইগী শক্তম, কম্যুনিতিশিংগী সোসিয়েল এন্দ পোলিটিকেল ষ্টেটস অমসুং ঐখোয়না

ইঙোই তৌবিবা মখল খুদিংগী বাইটস খঙনা পোপুলেসন থিওবি হোত্নুনা অনৌবা ফেমিলি প্লান্নিং অমা মথৌ তাবে। ঐখোযনা ঐখোযগী লাইবক লেপচগদবনি ।

ইন্সর্জেন্সি প্রোন ষ্টেট ওইবা ষ্টেটসিদা মীশি-মীনাগী চাং অসি অসুক্কী মতিক ৱাংখ্রে । অসিবা খুন্দুনা মোংগতগী যুম্নুনা লৌবগী পাও নোংমা কাংদনা মেডিযাগী মফমদগী তানবি । চহিদা লিশিং-লিশিংদা ওইবি ।অমবোমদা সেন-থুমগী ফিভম্না মবম ওইদুনা যুম পান্দবা নুপা অমসুং নুপীগা চাং যাম্না বাংনা লৈ । সেক্যুরিটি ফোর্সনা খাংউথক্তা হাৎতোকপীখ্রবা অমসুং যুম পান্দবশিং ফর্টিলিটি পেবিওদতা লৈবা ঙাক ওইবনা মখোযদগী ওফসপ্রিং লাক্কদবা কযা মাঙলে । লৈমীন্নাববা কাংলুপশিংগী মনুংদা চাইলদ বার্থ কন্ট্রোল যাদবা যাওবি । অমবোমদনা চাযাম পোকুনবা মশা মশানা খঙনা হোৎনবি । থোং মান্নদবা কযা অসিনা খবা শোননা কম্যুনিটনা মৎখিবা তাবি । মীযাম্না যাম্না মমুৎ তানা নৈনবা অমসুং থবক্তা ওন্থোকপগা তাঙাইফদবা লৈবে ।

লৈবাক্কী সোসিযেল কন্টেক্স যেংদুনা থবক তৌবা ফগনি । ভিযেৎনাম-অমেরিকা লাঙ্গাও লোইববা মতুংদা ভিযেৎনামগী অবাৎপা মীশিং হঞ্জিন্নবা মান্নবা মোঙ্গোলোইদ ষ্টোক্কী নুপাশিং মালেমগী মফম কযাদগী কৌদুনা মীথোক পুথোকখি । ইজ্রাযেলগী শাংগ খব মালেমগী মফম খনদা চাইথোক্তুনা লৈখ হাযদুনা মীজোবাম অমসুং মণিপুরদগা মীওই কযা কৌশন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি । মসি নিংশিংবা চুমগনি । মীশিং যাম্না ভাবতকী কন্টেক্সতা মীশিং হন্তনবা তৌববস মীশিং যামদবা মণিপুরদদি বাখল তৌদুনা মীশিং হন্থববোমদা ঙাক নত্তবদা খল যেংদুনা চাবোক্কী পোলিসি লেপ্পা চুমগনি । ভাবতকী ফেমিলি প্লান্নাং পোলিসি অসি কংলৈপাক্তা জেনোসাইদ ওইহন্দবা যে । ২০ শুবা চহি চা লোইশিল্লমদাইদা ভাবতকী পোলিসিদা অঙাং পোক্তনবা অমসুং নাওবাল চাওনবা অকনবা ঈনোৎ পাদুনা চৎথবিঙে মতমদা চাওবোক মীতোপ কযা অথিংবা লৈতনা ঈবমদমদা হাইজিল্লক্তুনা মীশিং খঙহেন হেনগৎখি । পোলিসি অসিগী নুংগী ওইবা বাখল্লোন কবিনো হাযবসি খঙমীন্নবা মতম ওইবে । ঐখোয পুম্নমক বার্ক কলচব লৈদুনা সুবা -নোম্বা কনবা তাই । ঈবৈপাক্কী মীওইশিংসিগী চানগদবা অনৌবা ইকনোমিক পোলিসি লৈবা তাই । মথক্কী ৱাখল্লোন্সীদা অচেৎপা বিল পবাব লৈববতদা মালেমদা মপাঙ্গল কনবা অমসুং মতিং লৈবা ফুরুপ ওইবা ঙমগনি ।

কংলৈপাক্কী চীং অমসুং তমদা খুন্দামিন্নবিবা ইথনিক কম্যুনিতি পুম্ন মক্কী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা ঙাক সেন্দুনা থম্মীবম্বা ঈবৈবাক্কী । ঐখোয

পুন্নমক্লা লমসিগী মপু ওইবনিনা ঈবৈবাক্কী লাইবকসু ঐখোযতনা লেপচগদবনি । লৈবাক্কী অপুনবা শক্তম ঙাকপগা ঈবোইননা ফুক্রুপকী শক্তমসু পুন্না কনমীন্নবা মথৌ তাবদগী হৌখিবা চৈচৎ ২ / ৭/ ২০০৬ ইংদা সিভিল সোসাইটি ওর্গানাইজেসন কযা পুনশিন্দুনা মীযামগী ওইবা মীফম পাংথোক্লুনা কংলৈপাক্তা ইন্নব লাইন বিগুলেসন চৎনহন্নবা অচেৎপা ফিবেপ লৌখি । লোযননা " ইন্নব লাইন পার্মিট সিষ্টেম দিমান্দ কমিটি" কৌবা লুপ অমসু শেমখি । মীযামগী অপুনবা পাঙ্গন্না অমতা ওইনা চংশিন্দুনা মণিপুব গভর্নমেন্ট অমসুং যুনিওন গভর্নমেন্ট অনিমক্তা কন্না তকশিন্দুনা কংলৈপাক্তা ইন্নব লাইন বিগুলেসন চৎনহন্নবা হোৎনমীন্নসি হাযবা ব্রাফমসি ঈবৈবাকচা খ্বাই তাবাগী মফমদা নোল্লুক্লা থমজবি ।

ইম্ফাল ,
চৈচৎ ১৭ / ৭ / ২০০৬ ইং ।

ব্রাফোং কাংলুপ
ILP Demand Committee Kangleipak

Election লাকখি । মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা Manipur দা operate তৌবিবা Political Party শিংগী মীফম অমা Imphal Hotel গী কনফবেন্স হোলদা ILP Demand Committee না শিন্দুনা দিসেম্ববগী তাং ৫ /২০০৭ তা ফমখি ।

**Political Dialogue on the Introduction of ILP in Manipur**




Photo - E Shyamsunder

I Hemochandra MLA

মীফম অদুগী মকুওইবদি লাক্লিবা ৯ শুবা State General Assembly Election দা মা মাগী Political Party গী মেনুফেসতোদা ILP চৎনহন্নবগী ৱাফম যাওহনবা অমদি Election campaign তৌবদা ILP গী মতাংদা ৱাফম মীযামদা থম্বা অমদি Election দা মায পাক্লবা মতুংদা ILP চৎনহন্নবগী মথৌ তাবা খুদিং মা মাগী পার্টিনা চপ চাবা থৌদাং লৌবা অসিনি । Political Party অযাম্বা মীফম অদুদা শরুক যাবীদুনা মথক্তা পল্লিবা ৱাফম অসি যান্নবগা লোযননা পার্টি কযাগী মেনুফেসতোদা হাপ্লদা নত্তুনা মীফম কযাদা পার্টিগী মাযকৈদগী মীতোপ্পা পীবীবা শাফু, চৈথেং অমদি চেকশিনহৌদ্রবদি তুংদা ওইবকদবা ৱাফম কযা থমনখি অর্মদি মীতোপ্পা ভোৎ লেপ্পা অমদি থাদবগী মযোক্তা খোংজাং কযা অমা চংশিনখি অদুবু নাকল অমদি হান্ননা ভোৎটাব লিষ্টতা যাওখ্রবা মীতোপশিংনা মনিংতম্না ভোৎ থাদখি ।



Photo -Image IV Kakching

Election লোইখ্রে পোলিতিকেল পার্টি খুদিংমক তুমিন্না মনা মনিল নাযদনা লৈবী তাঞ্জসিদা মণিপুব বিধানসবাগী মীফম মনুং মেগী তাং ৭ / ২০০৭ ইংদা ফমখিবা মীফম অদুদা MPP গী candidate ওইনা ওইনাম কেন্দ্রদগী কাবকখিবা MLA Dr I Ibohanbi না মণিপুরদা ILP মতাংদা অসুম্না থমখি মণিপুবদা ILPS চৎনবা চুমলোয মদুগী মহুৎতা ষ্টেট অসিদা চংলিক্লিবা মীওইশিংবু লাইসেন্স পীদুনা লৈহল্লগা তেক্স খোমগৎতুনা বেভিন্যু কাহন্নবা হোৎনবনা হেন্না চুমগনি হাযনা ফোংদোবকখি ।

অঙকপনি মতম শাংনা ইরৈপাক ইরমদম অসিদা মীশিং থিঙমদ্রবা মীতোপশিংগী মখুৎতগী পীক্লবা ফ্রুপ মচা খর খকসি কন্ননবা কংলৈপাক (মণিপুর)দা ILP চৎনহন্নবা লাওদুনা ডিমান্দ তৌদুনা মখল মখল কয়াগী Policy শিজিন্নদুনা মণিপুব মীয়াম্না হোৎন্দুনা লাক্লিংঙৈ অমুকসু মশাগী Political Party গী ফীরেপতা মণিপুরদা ILP চৎনহন্নবগী ব্রাফম লৈনা- লৈনা অসিগুম্বা ব্রাফম অমা লাকপসিগী মাযোক্তা Freinds না মীফমদুগী হেক থংনবা নুমিৎতা অসুম্না থন্নকখি ।

ওইনাম কেন্দ্রগী M.PP গী MLA Dr I. Ibohanbi না মণিপুবদা Inner line permit system থম্বা চুমলোয় হায়না ফোংদোকলিবা অসির্নাদ MLA মশামক ILP অসি কবিনো হায়না খংদবা মাল্লি । লোয়ননা হৌজিক ওইরকলীবা মীতোপকী মীশিং ফাওবা খংলমগদবা মান্দে । মহাক্কী ব্রাফম অসি মণিপুব মীযামগী অপাম্বগী মাযোক্তর্নি অদুনা অথুবা মতমদা House তা শেংদোক্লদর্বান । লোযননা তাং ১০/৫/২০০৭ ইংদা মণিপুবগী মফম আনিদা MLA ইবোহম্বীগী ইফিজি মৈ থাদুনা মণিপুব মীযামগী মযোক্তা লৈবা MLA ফম থাদোকউ হাযবর্নাচিংবা মীযাম্না লাওখি । নুমিৎতুমক্কী Assembly মীফমদা MLA মশামক্লা অসুম্না ফোংদোর্কাখ ।



এসেমব্লিদা ইম্নর লাইন পার্মিট চৎনবগী মহুত্তা মীতোপ মীয়ানচাশিং লাইসেন্স পীদুনা
টেক্স খোমগৎসি হায়রুবগী ফ্রেন্দসনা এমএলএ ইবোহলবীগী ইফিজি মৈ থাবা

# আই এল পিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে হায়না ইবোহলবীনা হাউসতা শেংদোকখ্রে

**পোক্নফম নিউজ সার্বিস**

**ইম্ফাল, মে ১০ঃ থাসিগী ৭ কী ফাইনান্সকী দিমান্দ থম্নবকপদা বিহোর্স মোবিলাইজেসনগী মতাঙদা ইন্নর লাইন পার্মিট (আই এল পি) গী রাফম** থবা ফোঙদোকখিবা অদু পার্মিট অসিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে। বেভিন্ন্য কারকপা যাবা অমসুং মীযানশিং কন্ত্রোল তৌবা যাবা এক্ট অমা লৈবগী শাম্নবা লৌবা য়াগদ্রা হায়না ফোঙদোকখিবনি হায়না এম এল এ, আই ইবোহলবীনা ওসি হাউসতা শেংদোকখ্রে।

ওসি জিরো আরবগী খুদোংচাবা লৌবগা এম এল এ, আই ইবোহলবীনা হায়রি, এম পি পিনা পার্টি অসিগী ইলেক্সন মেনিফেস্টোদা যেলহৌওদগী মণিপুরদা খুন্দাম্নবকপা অমসুং লৈমিন্নবকপা ফুকপাশিং নত্তনা মপান্দগী লাকপা অলৌবা মীওইশিংনা মণিপুরদা খুন্দা লৈতাবা থিংনবা আইন অমা শেমগনি হায়না পানখ্রে। আসগুম্বা ফীবম অসিদা ইচম চম্না ফত্তবা রাখল্লোন অমত্তা যাওদনা বিহোর্স মোবিলাইজেসনগী থম্নবকপদা এম এল এ অমগা মঙ ওইনা ফোঙদোকখির্বনি।

ইন্নর লাইন পার্মিট সিস্টেমগী মায়োক্তা লৈত্তে। ইন্নর লাইন পার্মিট সিস্টেমগী মতাংদা ঈহৌ হৌবিবা মায়াম অমসুং ওর্গানাইজেসনশিংগী ঈহৌদা শৌগৎলি হায়নসু স্পিকরগী খুথাংদা ইবোহলবীনা হাউসতা শেংদোকখি।

মাকলা অমত্তোমদা, এম এল এ, আই ইবোহলবীনা আই এল পিগী মতাঙদ হাউসতা ফোঙদোকখিবা রাফম্ন য়ানিংদবা উত্তুনা ওসি গ্রুপ (ফেদরেসন অব নিওলোল ইন্দিজিনস সোসাইটি) না মীন্দুনা থাজাব অমসুং শপোলবন্দ মৈনে লৈবক্তা এম এল এ অসিগী ইফিজিশিং মৈ থাখ্রে। লোয়ননা 'এম এল এ ইবোহলবা মতিক চাদনা মীয়ামগী মীৎ ওনি। মবম শাদুনা এম এল এ না মতৌ ... ফোঙদোকদবনি' হায়বনাচিংবা খোল্লাওশিংসু লাউখি।

ILPS মযোক্তা লৈতে, মতাংসিদা হৌবীবা মীযাম অমসুং Organisation শিংগী ইহৌদ শৌগৎলি হায়না Speaker গী খুথাংদা House তা শেংদোকখি ।

"ইশাদা তৌহন্নিংদবা হায়হন্নিংদবদু মীওন্দাসু হায়রনু, তৌরনু" - অহৈবা

# মপানশুবা পন্দুপ

## *ILP চৎনরীবা Mizoram, Nagaland অমদি Arunachal Pradesh তা মীতোপ থোমজিল্লকপগী ৱাথোক লৈতব্রা ?*

নৈনফম থোকই, মতাং অসিদা কংলৈপাক মণিপুরগা হেক য়ুমথংনবীবা Nagaland state অসি Inner Line Permit System চৎনরবু মীতোপ লাক্ষ ৩ গী মথক্তা থোমজিন্দুনা Nagaland গী শেনমিৎলোন্দা অচৌবা চৈথেং অমা পীরী । মসিগী মরুওইবা মরমদি নাগাগী প্রজাশিংসু মণিপুরী শিংগুম মীতোপতা মীপান তাংবগী চৎনবীদু ৱাৎতনা লৈ । নাগাশিংসু মীতোপকা লোয়নবগা হরাওজে,মিতোপকী দুকান্দা, হোতেলদা চংবদুনা হেন্না পামজে । মীতোপ্পা তৌবগা ইফদা ফরাবোয় নিংবগী চৎনবীদু মখোয়দসু লৈ, মখোযসু ভাযাগী চৎনবী লৈতবা নত্তে । মসিমক্না মীতোপকী মকোন শাফম ওই । লায়নিং লাযসোন মান্নদবনা অরিয়ালশিংনা নকশন্দুনা চারৌ মৌরৌনবা অমদি লায়নিং মান্নবগী খুদোংচাবা কয়া লৌবা ঙমদে । ILP লৈবনা মখোযগী চাকথুং মীতোপ্পা মৎপা অমদি মুনর্বদি ঙমদ্রে অদুনা মতম চুপ্পগী ওইনা মশাগী মরম অমদি অইদেন্তিতি ঙাকচবা ঙমলি । Arunachal Pradesh সু অদু মঙায় । অদুবু Mizoram state তদি মসিগী ওন্ন তৈনবনি । মীজোশিং অসি অসুক্কী মতিক Nationalism গী ৱাখল্লোন ৱাংবদা নত্তনা থবক্তা ওন্থোকপা ঙম্বা ফ্রুপনি। মখোযগী হিংবদা মথৌ তাবা থবকশিং মশানা ঙমলিমখৈ তৌজনবা হোৎনৈ। মখোয মশেন শৌগৎনবা, অমনা অফবা থবক অমা তৌবদা থাগৎনবা (Appreciation) তৌবগী লম্বী অসুক্কী মতিক ৱাংঙি । মখোযদা মীতোপকী হোতেলদা, দুকান্দা পোৎ লৈবগী চৎনবী লৈতে, শম ককপা, খোংউপ শেম্বা, ফি তকপা, পোৎ হোনবা, চু শুংবা, যুম শাবা, দুকান, হোতেল, ফম্বা খুদিংমক মখোয়না তৌই । থবক্তা ইকাইবা অমদি চিলহাও থিবা মখোযদা লৈতে। মসিমক্না Mizoram দা মীতোপকী চন্নফম পীদে । থেংনরুবা অমা - নোংমা মীজো

ইমা অমনা আইজোন কৈথেনগী লম্বী মতায অমদা সমদা পুবকপা কোবী যোল্লি , ইবাপ লাপ্পদনা বিহাবী অমসু কোবী য়োল্লি, বিহারী অদুনা যোল্লিবা কোবী অদু যাম্না তগৎ তগৎ তেকই, মীজো মরুপতুগা লম্বীদুগী ৱাংমদুদা অয়ুক্কী চা থকপা লোয়বগা লেপমীন্নবনি । কৈথেল কারকলিবশিং অদুনা মীজো নুপী অদুনা যোল্লীবা কোবী অদু ওমশন্দ্রিনা লৈনৈ নাকন্দা বিহাবী অদুনা য়োল্লিবা অদুদা হননা ফাওবা যেংলুদে থওইরুদে । ঙাইহাক যেংলবা মতুংদা ঐনা খল্লি বিহাবীশিনা য়োল্লিবা কোবীশি শোয়দনা তাংলম্বা তায় অদুনা লৈনদ্রিবনি অদুবু চংলগা হংলুবা মতমদদি বিহারী অদুনা যোল্লীবা কোবী অদুনা কেজি.দা লুপা ৮ অদুগা মিজো ইমাদুনা য়োল্লিবা কোবীদুনা লুপা ১০ পীদুনা লৈবমলে । ঐনা ঙক্লুনা মীজো মরুপতুদা হংলুই অদুদা মহাক্না হাযফেৎ নোক্লগা "মরুপ যোল্লিবসি মীজো ইমানি মঙোন্দাগী লৈদনা কবিগী মীতোপ্পুগী লৈগদৌবীবনো '? মীজো ইমাসিদগী পোৎ লৈবদা পীরীবা পৈশাসি মীজোবামদা লৈহৌগদবনি কননাবসু মীজো ইমাসিনা ফংজগদবনি । অদুগা বিহাবীদগী লৈবনা বিহাবদা চৎখিগদবনি ।" কযাদা ৱাংখ্রবা মখোযগী Nationalismগী বাখল্লোন্নো মসিমক তমর্জনিংঙাযনি মবর্মসিনা মীজো লৈপাক্তা মপানগী মীওইশিংগী চননফম মফম লৈতবনি অর্মদি খোংদাফম পীদে অদুনা মীজোবামদা মীতোপ লির্শিং ১১ /১২ দগী হেন্না লৈতে ।

*খংমিন্নবা যাবা অমনা State অমদা ILP লৈবগসু মীপান তাংবগী হৈনবী অদু থাদোকত্রবদি অমদি Nationalism বাখল্লোন অদুবু গ্রাস কত যৌনা থবক্তা ওহ্লোকপা ঙমদ্রবদি ILP গী মপুং ফাবা কান্নবা ফংলোয ।*

## ইন্নর লাইন পর্মিট লৌথোক্লোই: জোরামথাঙা

আইজোল, ওক্টোবর ১৮ (এজেন্সি)

মজোরামদগী ইন্নর লাইন পার্মিট লৌথোকপগী ওইরাকপ কংতে হায়না স্টেট অসিগী চীফ মিনিষ্টর [illegible] জোরামথাঙা না ফোঙদোকখ্রে ।

আইজোলদা পাউমীশিংদ [illegible] ঙাঙবদা মহাক্না হায়খি, "হৌজিক লৌজিল্লী ওইনা ইন্নর লাইন পর্মিট (আই এল পি) অসি লৌথোক্লবগী ৱাফম ঐহাক্কী সরকার অসিনা খল্লবা অমত্তা লৈতে ।"

মপান্দগী চঙলকপ [illegible] লৈখো না পর্মিট অসি [illegible] স্টেট [illegible] মনুং [illegible] থম্লগা অর্মদি পাখোক্লগনি হায়রদুনা অসিগুম্বা খোঙথাং অসি পাযখৎপা তাববদি ঐখোয় ইশানা ইশাগী খোঙদা শীংজংনা য়াম্ফংববা ওইনা থোক্কনি হায়না মহাক্না অদু তানা ফোঙদোকখি ।

হৌজিক ইন্নর লাইন পার্মিট আইন চংনহনবা অসিনা স্টেট অসিদা টুরিজমগী ইকোনোমিদা চাউনা থোকবা ঙম্বা হায়না ফোঙদোক্লবকখিবা ৱাফম কয়া অসুম্বু [illegible] যাখিদে ।

মহাক্না হায়খি, বিজনস অসিনা সর্ভিস অমদি ওয়র কম্যুনিকেশনশিংগী ফিভম ফংগৎহন্দুনা টুরিজম চাওখৎহন্নবা য়াম্না মশাক থোকপা থৌদাং কয়া কন্সর্ন দিপার্টমেন্টশিংনা হাম্না পায়খৎতুনা লৈরে ।

[illegible] মথক্তা টুরিজমগী ট্রেন্দর্দ অসি ইন্টরনেশনলগী থাক্তা মাম্না চাওখৎহন্নবা মীংয়েং থমদুনা সরকারনা স্টেট অসিগী মফম কয়াদা টুরিষ্ট লোজশিং শাংদোক্লকপদা লম্নাই মীওইশিং য়াওহন্নবগী মতাংদা সরকারনা ৱাখেপ লৌরে হায়না মহাক্না মঙ তানা ফোঙদোকখি ।

মহাক্না হায়খি, সরকারনা পায়খৎলিবা স্টেট অসিগী টুরিজম চাওখৎহন্নবগী থৌরাং অসি হৌজিক খোঙজেল য়াঙনা চঙশিল্লি অমদি মসিগী শরুক অমা স্টেট শীনলগা পুন্না পায়খৎকদবা টুরিষ্টশিংবু [illegible] পোকহন্নবা থৌবাং অমা ওইনা খনগৎলবা টুরিষ্ট স্পোটশিংদ টুরিষ্ট লোজ কয়ামরুম শেমগৎলগনি ।

থৌবাং অসিগীদমক টুরিজম সেক্টরদা থরায় য়াওবা কন্ট্রাক্ট কাঙবুশিংবু শরুক য়াহনবা [illegible] মখোয়গীদি অহেনবা [illegible] শীননবা খম্নবি হায়রদুনা [illegible] থোক্লবা থৌরাংশিং অ[illegible] মপুং ফানা লোইশিল্লক্লবা [illegible] দা স্টেট অসি টুরিষ্টশিংগী [illegible] মফম অমা ওইরগনি হা[illegible]বসু মহাক্না ফোঙদোকখি

# তরাশুবা পন্দুপ

## (Anti Foreigners Movement গা Inner Line Permit System গা খেন্নবা)

## Anti Foreigners Movement :

কংলৈপাক (মণিপুর) না ভারতকী লৈঙাকলোন মনুংদা তিনশিনখ্রবা মতুংদা হান্না চৎনরমবা Passport System অদু লৌথোকখ্রবা তুংদা মরুওইনা Bangladesh. Nepal অমদি Myanmar দগী থোমজিল্লক্কুনা ইরমদম অসিদা মশিং থিঙমদ্রবা Foreigner শিং অসিনা খুন্দাশিল্লক্লি । Foreigner ওইবগী যাওফম থোকপা Passport কা লোয়ননা অচুম্বা লম্বীদা মখোয়সিং অসি চংলকখিবা নত্তে । মরুওইনা শক- কুচু মান্নবগী খুদোংচাবা লৌরগা হুরান- লান্নদা লেপ্পা লৈতনা লাক্কুনা খুন্দাশিল্লকখিবনি । মসি ভারত সরকারনসু খংই, অদুগা ভারতকী State অমা ওইরিবা Manipur State Govt. শু খংঙি। থোমজিল্লক্লিবা অসি ভারতকী চৎনা পথাপনসু য়াদে । অদুবু চৎন- পথাপ অদু শিজিন্নবা, চৎনহনগদবা State অমদি Central Govt. না থৌশাদবদগী ফিভমনা অসিমক ওইরকখিবনি । ভারত সংবিধাননা Foreigner শিংনা Passport য়াওদনা ভারতকী সিমনা লানশিনলকলগা চংলকপদা কাৱ থবক লৌখৎকনি হায়বগী মতাংদা অসুম্না পীরি ঃ-

### THE FOREIGNER ACT, 1946

(ACT 31 OF 1946)

### SECTION 14

Penalties - If any person contravences the provision of this act or of any order made thereunder, or any direction given inpursuance of this Act or such order, he shall be punished with imprisonment for a term which may extend of five years and shall also be liable to fine; and if such person has entered

into a bond bound in pursuance of clause (f) of sub-section (2) of section 3, his bond shall be forfeited, and any person bound thereby shall pay the penalty thereof, or show cause to the satisfaction of the convicting court why such penalty should not be paid.

ইরৈপাক ইবমদম অসিদা অইন কাযনা চংশিল্লকপা মীবৈপাক মচা তকথোক্লবা হোৎনবা অদুবু ঐখোযনা Anti Foreigners Movement হাযনা খংনৈ। Inner Line Permit System না লমদমদুগী যেলহৌমী নত্তবা মীতোপ খুদিংমক্তা চৎনগদবা System নি।

কংলৈপাক মণিপুবনা মনিং মখা তম্বা লৈপাক অমা ওইবীঙৈদা তোঙান তোঙানবা লোযশং লিংদুনা মীতোপ্তগী ঙাকথোকনবা চৎনলোন কযা শেমদুনা থমলম্মী।

Foreigners Department/Office, Manipur levied taxes from the foreigners in the form of (i) Foreigners tax, (ii) Grazing fees, (iii) Income Tax (iv) Trading Licence fees and (v) Cattle Export tax The Department /Office took such taxes since 1901-02 till the date of abolition of the Foreigners Permit System on 18th November, 1950 by Himat Singh the then Chief Commissioner of Manipur

---

"অচুম্বগী খোল্লাও শাওবা ঙমজদ্রবা ঙায়োক চেক্লগী ঙা ওইরে খংন- খংনা ঐখোয় মসেন চিংথনদুনা লৈরি"

- অহৈবা

# তরামথোইশুবা পন্দুপ

## Inner Line Permit System না পীগদবা কান্নবশিং

১।  ইবমদমসিদা মীতোপশিংনা চংনিংবা মতমদা চংবা মপু পান্দবা অদুদগী কনবা ঙমগনি ।

২।  মীতোপশিংনা লমদম অসিদা খুন্দাশন্দুনা পীল্লবা ইবমদম অসিগী মপু ওইহৌখবদগী কনবা ঙম্লগনি ।

৩।  মীতোপশিংনা ইবমদম অসিগী লৈঙাকলোন্দা শরুক যাবগী অযাবা পীববোয মবমদি ILP লৈবা মবম্না মীতোপশিংগী মীং ভোতব লিসতা যাওবগী অযাবা লৈতবনা ভোত লেপ্পগী হক লৈববোই ।

৪।  মীতোপশিংদা Domicile পীবা অমদি ফংবগী খুদোংচবা ILP না পীদবনা ইবমদমসিদা মীতোপকী মচা মশুশিংনা লমদমশিংগী Compititive Exam শিংদা শরুক যাবগী অযাবা পীববোয অদুনা লমদমসিগী মহৈরোয়শিংগী হক কনবা ঙমগনি ।

৫।  ILP চৎলবা লম অমদা মীতোপশিংদা Permanent Settlement গী খুদোংচাবা লৈতে । মীতোপ্পা লম মচেৎ অমা ফাওবা লৈবা যাবগী অযাবা পীদে । কবিগুম্বা মীতোপনা লমদম অদুগী নুপী লৌববা মচা মশু লৈববসু নুপীদুগী মমিংদা লম লৈবগী অযাবদি পী অদুবু মখোযনা পোকপা মচা অদুগা মমিংদদি লম লৈবগী অযাবা পীদে । মবমদি মখোযবু মীতোপ ওইনা লৌই ।

৬।  ILP না কনাগুম্বা মীতোপ অমবু Govt গী থবক্তা Permanent Post পীবগী অযাবা পীদে । থবক ফংদবগা অবাবা মাযোক্নবীবা লমদম অসিদা মীতোপনা খুদোংচাব লৌবীবসিদগী কনবা ঙমগনি ।

৭।  ILP চৎলিবা লমদম অমদা মীতোপ অমনা দুকান ফম্বা এজেন্ত ওইবা খুদিংম্মকী Propriter অদু যেলহৌমীনা ওই মবম অদুগা লমদম অদুগী নোংমদা চংদ্রবা যাদবা পোৎ খুদিংমক্কী মমল যেলহৌমীশিংনা লেপ্পী ।

৮। Inner Line Permit System চৎনবনা লমদম অসিগী শেন থুমগী ফীভমদা অচৌবা resource অমা পীদুনা কাননবা পীগনি ।

৯। Inner Line Permit System অসিনা ঙসি ঙসিমক ইরমদম অসিদা মীহাৎ- মীপুন, লুৎ- পাৎ, হুরান- চিন্থি তৌবা মীওই কয়াগী লোৎফম ওইরীবসিদগী কনজবা ঙম্লগনি । মসিনা লমদমসিগী Law and Order দা অচৌবা কান্নবা অমা পীরগনি ।

১০। System অসিনা লমদম অসিগী লম, ইনাৎ, চৎন- লোনচৎ, লৈঙাকলোন অমদি ত্রেদিসনবু ঙাক শেন্দুনা মতম চুপ্পগী থমবা ঙম্লগনি ।

১১। ILP চৎনবা লমদমসিগী Territorial Intergrity ঙাক্কুনা থম্বা ঙমগনি অমদি ইরমদমসিগী ঙমখৈ ঙাক্কুনা মতম চুপ্পগী থম্বদা অচৌবা মতেং ওইগনি ।

১২। ILP চৎনবনা ইবমদম অসিগী শীনমিশিং নোংমগী চরা তানজবীবশিংগী শীনফম মীতোপকী খুৎতগী কনজবা ঙমগনি ।

১৩। Inner Line Permit System থম্বনা খুন্নায অসি মালেমদা মশক মচুথোক্লা, হিংবগী অমত্তা ঙাযরবা উপায় ওইবদা নত্তনা Population dilution দগী নানথোক্কনি ।

১৪। System অসি লৈবনা লমদমসিদা Permit পাযদুনা চংলকপা মীতোপশিংগী মীশিং ককনা থম্বা ঙমগনি ।

১৫। System অসিনা মীতোপশিংগী পুন্সিবু কন্বা ঙমগনি ।

"ঐখোয়গী পান্দম মাল্লে থৌশিলদি খেন্নে অদুনা ঐগী ঐগী লম্বীনা অচুম্বনি হায়না খল্লে, থাংজে লোংনমক অচুম্বা লম্বীদুদি ওইরমদবসু য়াম খল্লে" - অহৈবা

# তরানিথোইশুবা পন্দুপ

## Inner Line Permit System
## অসি ফংননবগী
## ঐখোয়না করি তৌবা তায়

১।  খ্বায়দগী মরুওইবা পান্দম অসি ফংননবগী চেকশনফম থোকপদি Issue অসিবু Communal তাহন্দনব হোৎনবদুনি, পান্দম অসিবু নাথৈহন্নবগীদমক মীতোপশিংবু তাথি তাওইনা তৌবা, ফুচৈবা, হাৎপাগী থবক কয়া চৎথরকপা য়াই মসিদগী ঐখোয়না চেকশিনগদৌবনি ।

২।  ইরৈপাকপু নুংশিবগী ব্রাখল্লোন ব্রাংখৎহন্দুনা ইশানা ইশাবু থাজজবা, খ্নায় অসিগী শেনমিৎলোন্দা ঈ মশেলগী অপুন্বা ব্রাখল্লোন শাগৎকদবনি, ঐখোয়না কিবিবা, তুক্কৎচরীবা মখোয়দদি চৈনা অঙন্বা থাদনা কনবগী চৈনাদগী নোংমখক মখোয়বু শমনদবনা শরুক ১০০ হেন্ন মখোয়দা চৈনা পী হায়র্বসি কাওদনা মাংদা চংশিনগনি ।

৩।  ভারত লৈঙাকলোন মনুংদা লৈরীবা মীপুম খুদিংমক্ত মীশিং য়ামজদবা ফ্রুর্পশিংদা য়াওরীবা অকি তুজুং অসি ময়েক শেংনা খংহনবা ঙম্লবা অমদি অশেংবা অচুম্বদুবু মখোয়গী ব্রাখল্লোন্দা চুহনবা ঙম্বা মীকুপ্তুদা ঐখোয়গী খোংজংগী মায় পাকপগী পন্থুং য়ৌরবনি ।

৪।  ব্রাকৎ অমাবু মায় পাকপগী মরুওইবা লম্বী অর্মদি ব্রাকৎ অদুবু থবক্তা ওম্থোক্কদৌরীবা authority অদুদা ব্রাকৎ অদুবু করিনো ? ব্রাকৎ অদুগী কান্নবা কান্নদব, ব্রাফম অদুনা থবক্তা ওম্থোকলগা করি ওইরকপা, ওম্থোকত্রগনা করি ওইবা হায়বদু ময়েক শেংনা খংমিন্নর্বনি ।

৫।  ঐখোয়গী Demand, মীয়ামগী Demand ওইহনর্গনি। মীয়ামগী পাঙ্গল ঈশ্বরগী পাঙ্গলনি , মীয়ামগী লেপ্পা নায়দবা খোংজংনা মায় পাক্তবা মলেমদা লৈতে ।

৬। Transport কী থবক তৌরিবশিংনা মীতোপ পুশিনলকপগী থবক তৌক্কুনা মীতোপকী মীশিং হেগৎতনবা হোৎনগনি ।

৭। মায় পাক্লবগীদমক ব্রাহং খরসি ইতোন্তা হংজরগা ইতোনতা খুমজবা ঐখোয় খুদিংমক্কী মথৌ তারী ।

(ক) ঐহাক ইরমদম কংলৈপাক (মণিপুর) অসিবু ময়েক শেংনা নুংশিব্রা ?

(খ) ঐগী মীশিং য়ামদবা ফ্রুপ অসিবু কন্ননবা করি থবক তৌখ্রে / করি তৌগদৌরী ? কৈদৌঙৈ / করম্বা মফমদগী / করম্বা মতমদগী

* মালেমদা লৈরীবা মীপুম খুদিং মরমদম মমা লৈবাকপু নুংশিদবা য়াওদে, পলেম ইমানা লুম্বরা মালেম ইমানা মহেল্লি হায়নৈ অদুবু হিংননবগী হোৎনবদা মীকুপ অমা লৈপাক্কীনি হাযনা কায়থোকপা ঙমদে । মতাংসিদা থমর্জানংবা অমদি ঐনা লৈপাক্কী থবক তৌবদা মফম অমসুং মতম হায়বা অমমুক লৈতে ঐনা ঐনা লৈরীবা মফম অদুদা অদুমমক তৌবা যাই, তৌবীয়ু। অদোম্মা উন্নবা, লৈমীন্নবা, থেংনবা অমদা হেক্তা ঙসি ঙসিমক ওইরীবা ইরমদমসিগী ব্রারী তৌবা য়াই, খন্নবা য়াই, ব্রাখল তাহনবা য়াই, তামিন্নবা যাই, ইশানা খুদক্কগী মীপান তাংদনা ইরমদমগী পোৎ য়ারীমখৈ শিজিন্দুনা, মীতোপতা Non Cooporation Movement চৎথবা যাই অসুম্মা মীপুম খুদিং ব্রাখল তামিন্নবাঅমদি থবক্তা ওস্থোকমিন্নবা যাই ।

৮। ঐখোয়গী মাংখ্রবা work culture অসি অমুক হিংগৎহন্নবা হোৎনগদবনি। থবক্তা চিলহাও খিদবা, থবক্তা ইকাই ইকি থমদবা, ইশানা ইশাগী থবক সুজবগা লোযননা থবক্কুবু মচু তাহনবা মীনা পাম্মহনবা মথৌ তাই । থবক্কী মচু তাবা, মতম লৌদনা, মীবু পেলহনগনি, লোয়ননা ঐখোয়না ঐখোযগী শিনমিবু পুর্কনিং থৌগৎকনি ।

৯। ILP গী মতাংদা মীফম পাংথোকপা, Debate, Symposısum, Wallposter, Leavelet অমদি Electronic Medıa News Paper গী খুদোংচাবশিং লৌদুনা মীয়ামগা ব্রাখল তামিন্নবা পুন্না খংমিন্নবা হোৎনগনি ।

১০। ইরৈপাক ইবমদর্মসিবু কন্ননবা মীয়াম্মা যাবা ইহৌ চংশনবা অমদি মলেমগী Indigenous forum শিংগী মতেং লৌবা অমদি ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি মালেমদা খংহনবা তাই ।

১১। মামেলদা লেংলি- পাল্লিবদগী শা- ঙা ফাওব মালেমদগী মাংদনবা মীওইবশিংনা ঙমজবী থাদুনা শেন কয়া চংদুনা হোৎনরী অদুবু মালেমদা লৈরীবা মীওই কাংলুপ কযাদি মালের্মশিদগী খোংগুল মুৎখিবা কযানি । কয়া অমনা

মুৎখিবা য়াবগী তাঞ্জা লাক্লে । অঙকপনি, মীওইবনা শা- ঙা মুৎতনবদি হোৎনরীঅদুগা মীওইবা কাংলুপ অমা মালেমদগী মাংখিবদি করিসু নাচুংদ্রি অদুনা মালেমদা লৈরীবা ফ্রুপ মচা মচাশিং অসিবু মালেমদগী মুৎখিদনবগী য়োকখৎতুনা থম্লবা সিসতেম অমা চৎনবা মথৌ তারে হায়বসি পুন্না খৎমিন্নদুনা মালেমগী মীপুম খুদিংদা য়ৌহনবা মথৌ তাই ।

"ঐখোয় লোয়নমক পুন্সি পাম্মি পুন্নবসু হায়নৈ, পুন্সিদা থাজৈ অদুবু পুন্সিদি ঙমদে করিগীনো ? ঐগী ঐগী হায়বা রাফমদুমক থাদোকপা ঙমদবনানি ।" – অহৈবা

# তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ

## MANIPUR STATE GOVT. না করম্না মণিপুরদা ILP চৎনহনগনি

১। মণিপুরগী অপুনবা পাক চাওবা 22,327 Sq.Km. গী মনুংদা ১০০ থোকপগী ১০না তম্পাক্কী লমনি অদুগা চীংগী শরুক্তা ৯০% ওইরি অসিদা Tribal না নমনা খুনদাবা মরম ওইবনা Tribal শিংগী Reserve তৌদুনা লৈরী। লেমহৌরীবা ১০% তম্পাক্কী শরুক অসিদসু কবুই ফ্রুপকী খুন ৬৫, হেনবা অদুগা সেদ্যুল কাসকী খুন কয়া অমদি তোঙান তোঙানবা Tribal চীংগী খুনজা কয়াসু খুন শেমদুনা খুন্দাদুনা মফম চাওনা কল্লি অদুগা লেমহৌরীবা লম খরা অসি other back ward class (O.B.C.) শিংনা খুন্দারী মরম অদুনা মপানগী Major Community শিংগী মখুৎতগী কনজনবা লৈপাকসিনা লো অমা শেমফম থোকই। শেন্না য়াই অদুনা ILP চৎনবগী মচাক ওইনা পীবা য়াই।

২। Indian constitution গী Article 19 (5) গী মখাদা State Govt. না মীতোপ চাংবদা অথিংবা পীবগী আইন শেন্না য়াই মণিপুরগী চীংগী লমদা চৎনরিবা District Council Act অসিনা চীংগী লমবু চীংমীশিংগী ওইহল্লি। মসিসু ষ্টেটনা শেন্না একনি তম্পাক্কীসু ইরাই লাইনা শেন্না য়াই।

৩। ইং ১৯৯৪ গী জুলাই তাং ১৯ দা ফমখিবা অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট তরেৎকী Chief Ministers শিংগী মীফমদা Union Minister for Home Affairs ওইরম্বা Mr. S.B. Chavan না অৱাং নোংপোক্তা Inner Line Regulations চৎলিবা ষ্টেট অহুমদগী ILR অসি লৌথোক্লবা ৱাফম থমখি। মদুগী পাওখুম ওইনা Mizoram গী Chief Minister T. Lalsangzuala না নোংমগী ওইবা Mizoram State Legislative Assembly কৌদুনা ILR না Mizoram State তা পীরিবা কান্নবশিং অদু পন্দুনা মখা তানা Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 চৎনগনি হায়না ৱারেপ লৌখি। অদুনা

Manipur State Assembly নাসু ILP চৎনহন্নবা ব্বারেপ লৌদুনা মরী লৈনবশিংদা তকন্দুনা থবক্তা ওনথোকপা মথৌ তারে ।

৪। Mizoram সরকারনা (a) Inter State Migrant Workmen (Regulation of Employment and conditions of services) Act, 1979 অমসুং (b) Inter State Migrant workmen and contract labour Act, 2006.

Meghalaya সরকারনা (a) Inter State Migrant workmen (Regulation of employment and condition of services) Act, 1985 (Licences issued for only 179 days in less than 6 months) পাস তৌবগুম্না মণিপুর সরকারনসু মান্নবা এক পাস তৌদুনা মীতোপ্না মণিপুরগী শিম্মীশিংগী খুদোং চাবা মৎলিবশিংদগী কনবা ঙমগনি ।

- - -

"ঐখোয়না ঐগী ঐগী লুপ নিংবগী মচুং লৈপাক নিংবা মথৌ তারে ।" - অহৈবা

**ANNEXURE - 1**

# In the court of P.M.S.D. Manipur
# STANDING ORDER NO. 2 OF 26.8.1946 (Kangpokpi)

With the agreement of his highness the Maharaj of Manipur and the State Durbar it is hereby notified that the area known as Kanglatombi Grazing Reserve will cease to be grazing reserve with effect from December 1st 1946 and will be opened to settlement and colonisation

All graziers are warned that they must evacuate this area by this date They will be permitted on application to move to Irang valley should they so wish Any house-holds wishing to remain in the Kanglatombi area for the purpose of wet rice cultivation may apply for the issue of regular Pattas which may be issued at the discretion of P M S D on the following conditions -

1 Only one Nepali Village will be allowed in this area
2 Not more than 1 1/2 paris of land per house will be allowed
3 Any one receiving a patta must give an undertaking to cease the trade of grazier entirely
4 The grant of such pattas will be entirely at the discretion of P M S D

All applications either for patta land or for permission to transfer to Irang must be filed in the Hills Office on or before October 1st 1946

Sd/- E L Pearson
Presidnt Manipur State Durbar (H C )

Memo No III9-21/XIII-I Dated 26-8-46
Copy to H H P A for information
State Office
R R 36436
Dt 12/11/46
*Memo No 876 I G I III Imphal the 12th Nov 1946*
*P M S D*

I send herewith a list of candidates willing to settle at Kanglatombi on 25-10-46 You have verbally allowed only 60 houses and village sites has also been shown to the candiates & Kangngo

64 application are also enclosed Please see my remark against the candidate in passing orders before they are forwarded to Land REvenue Office for taking necessary action

Sd/ Illegible
Offg Foreigner s Member
M S D dt 12/11/46

## LIST OF APPLICANTS WILLING TO SETTLE AT KANGLATONBI

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | Pnadit Narayan Datta | 33 | Ganga Thapa |
| 2 | Laiyaldin Mia | 34 | Narbahadur Gurung |
| 3 | Abdullayiz Mia | 35 | Lok Bahadur Rana |
| 4 | Anu Mia | 36 | Kishore Bahadur Thapa (Minor) |
| 5 | Kusum Bibi (widow) | 37 | Kharga Singh Gurung |
| 6 | Naiban Tewari | 38 | Ganesh Bahadur Chetri |
| 7 | Kaibin Damei | 39 | Bir Bahadur Chetri |
| 8 | Baldeb Ahir | 40 | Tarasing Gurung |
| 9 | Khigpanaraiyan Newar | 41 | Dema Brahmani |
| 10 | Hemkarna Thapa | 42 | Sudarson Sarma |
| 11 | Chuni Maya Chetrini | 43 | Hemla Sarma |
| 12 | Deonaranyan Jaisy | 44 | Dhourupa Bramani |
| 13 | Thagarsing Thapa | 45 | Ramchandra Sarma |
| 14 | Surbir Sunwar | 46 | Pasupati Sarma |
| 15 | Churimani Chetri | 47 | Ganesh Thapa S/O Suklal |
| 16 | Narkabahadur Thapa | 48 | Chaite Chetri |
| 17 | Mukti Prassad (Old man) | 49 | Krishnabahadur Thapa |
| 18 | Padam Kumar chetri | 50 | Gambir Singh Newar |
| 19 | Narbadur Thapa | 51 | Rita Damei |
| 20 | Gogon bahadur Sunwar | 52 | Hrikhadhoj Chetri (Oldm) |
| 21 | Manbahadur Thapa | 53 | Pobitra Chetrini |
| 22 | Laxmi Prassad Sharma | 54 | Man Singh Chetri |
| 23 | Prembalhab Sharma | 55 | Maldhoj Limba |
| 24 | Bhimbahadur Thapa | 56 | Chatrabahadur Limbu |
| 25 | Purma Charti | 57 | Manu Thapa |
| 26 | Dev Dutta Jaisy | 58 | Santabir Thapa |
| 27 | Purna Bahadur Rana | 59 | Premprasad Upadhyaya |
| 28 | Premprasad Sarma | 60 | Manbahadur Rai |
| 29 | Prembahadur Gurung | 61 | Bhaban Singh Chetri |
| 30 | Hem Bahadur Gurung | 62 | Sane Sena |
| 31 | Hemparna Thapa | 63 | Krishnabahadur Chestri |
| 32 | Kul Bahadur Thapa | 64 | Sabiaprasad Baramkan |

*Source : Original Copy collected from N. Khelchandra*

*ANNEXURE - 2*

**The Memorandum Submitted by " FREINDS' to**
## THE HONOURABLE CHIEF MINISTER OF MANIPUR TO INTRODUCE OF INNER LINE PERMIT SYSTEM IN MANIPUR STATE

For and on behalf of the People of Manipur

To,

The Honourable Chief Minister,

When British colonial masters left Indian sub-continent, the freedom of Manipur was reverted to the king of Manipur under section 7.1(b) of Indian Independence Act 1947 much againt the wishes of the Indian leaders to unite India under one single administrative Unit. However, the decision of the British Government was quite logical and they had very good reasons of honouring the history and pride of the Manipuri Nation and their right to self-determination in the Comity of Nations. Their concern for the need to preserve Manipuri identity and nationhood against the Much numerous population of mainland India was well-founded.

However, in a freak moment of Manipur history, the Nation -State of Manipur was merged with India in 1949.

Today, after 56 years of Manipur's association with India, a vital issue concerning the life and death of the nation has emerged. MR. CHIEF MINSITER BY 2001 THE ESTIMATED FIGURE OF TOTAL INFLUX IN MANIPUR HAS REACHED AN ALARMING HEIGHT OF 7,04,488 AND IT IS 30.71 PERCENT OF THE TOTAL POPULATION OF THE STATE.

**How and why ?**

How and why the situation becomes so grave is because of the persuasion of the Policy of Populution Dilution by the Government of India and the lack of awareness and determination on the part of the people of Manipur and their elected representatives. To illustrate the above hypothesis the following events may be examined :

November 18,1950 - Abolition of Permit System in Manipur

After the defeat of Manipur in theAnglo-Manipur War of 1891, the British did not annex Manipur within the administrative set-up of British India. Instead, the state remained as a native-state under the rule of Manipur princes. Unlike in many other hill areas of the Northeast India like Kamrup, Naga Hills, Garo Hills, etc. where the Bengal Eastern Frontier Regulation of 1873 ( Inner Line Regulations) was extended, Manipur devised a very effective system of controlling the entry of foreigners (Non-Manipuris) called the Permit or Passport System. Indians coming from other parts of India were called 'foreigners' in the terminology of Manipur Administration. If the foreigners wished to visit Manipur, they had to take permission from the then llurbar and also paid certain kinds of taxes. The taxes so collected formed an irnportant item of revenue for Manipur. Significantly, the total amount received by the Foreigners Office in1944-45 was Rs.3,21,310.

Mr.Chief Minister, the operation of Permit System was effective in two very important areas of Manipur Administration, i.e.,

(1) Controlling and regulating of the influx of Non-Manipuris.

(2) Taxes forming a major contribution to the State's revenue.

However, under the *Policy ofPopulation Dilution*, the Permit System was abolished on November 18, 1950 by an administrative order of the then Chief Commissioner Himmat Singh.

***The consequences:***

The drastic change in the population composition of Manipur after the abolition of the Permit System can be illustrated by the following table:

| Year | Population in million | | Decennial Growth Rate (%) | |
|---|---|---|---|---|
| | India | Manipur | India | Manipur |
| 1901 | 238.40 | 0.29 | - | - |
| *1911I* | *252.09* | *0.35* | 5.73 | 21.71 |
| *1921* | *251.321* | *0.38* | (-)0.31 | 10.92 |
| 1931 | 278.98 | 0.45 | 11.00 | 16.04 |
| 1941 | 318.66 | 0.51 | 14.22 | 14.92 |
| 1951 | 361.09 | 0.58 | 13.31 | 12.80 |
| 19G1 | 439.02 | 0.78 | 21.51 | 35.04 |
| 1971 | 548.16 | 1.07 | 24.80 | 37.53 |
| 1981 | 683.18 | 1.42 | 24.66 | 32.46 |
| 1991 | 846.30 | 1.84 | 23.85 | 29.29 |
| 2001 | 1027.02 | 2.29 | 21.35 | 24.86 |

*Source : Statistical Handbook of Manipur 2002, Govt. of Manipur.*

The growth rate of Manipur during the decade 1941-51 was 12.08 per cent as against 13.31 per cent of All India average. However, just after the abolition of Permit System, the growth rate in 1951-61 increased to 35.04 per cent as against the All India average of 21.51 per cent. This growth rate is almost three times of the preceding decade. This phenomenon can only be explained in terms of the entry of a huge number of influx of Non-Manipuris during the decade.

Meanwhile, the problem has gone almost out of hands because today the percentage of non-Manipuri migrants had reached an alarming height o1'30.71 per cent and this is more than the total number of indigenous Manipuri tribals.

As per the 2001 census report, the total tribal population of the state of Manipur is estimated to be 8,68,249. But based on earlier data, it is estimated that the total indigenous tribal population of Manipur as G,70,782. This number is less than

